# মণিপুরী প্রেম কাব্য
# (MANIPURI LOVE POETRY)

DISSERTATION SUBMITTED IN PART FULFILMENT OF THE REQUIRMENTS FOR THE DEGREE OF MASTER OF ARTS IN MANIPURI LANGUAGE AND LITERATURE. UNDER THE GUIDANCE OF


**SHRI ASHANGBAM MINAKETAN SINGH**

SAHITYA RATNA

*HEAD OF DIVISION, MANIPURI LANGUAGE AND LITERATURE.*

**J. N. UNIVERSITY CENTRE, IMPHAL.**

BY

**LONGJAM JOYCHANDRA SINGH**

*ENROL NO. 44/MAN/1972-73.* *ROLL NO. PGC/169/74-75.*

# Jawaharlal Nehru University
**Centre of Post-Graduate Studies**
**IMPHAL, MANIPUR.**

Division of Manipuri Language
& Literature

No. ...................

Dated 15 Oct. 1974

This is to certify that Shri Longjam Joychandra Singh has presented a project work entitled 'Manipuri Prema Kavya' (Manipuri Love-Poetry) under my guidance and supervision in part fulfilment of the requirements for the degree of Master of Arts in Manipuri Language and Literature. That it is an original pretty piece of work, the first of its kind in this field, which attempts to explore the rich literary heritage of ancient Manipuri Love-poetry giving much weight on the stories of 'Shayan-Taret' (the seven series of Incarnations) and the underlying philosophy which gives colour and life to it.

I appreciate the venture.

Gunakelan Singh

Head of Division,
Manipuri Language and Literature
J N University Centre, Imphal.

How do I love thee? Let me count the ways.
I love thee to the depth and breadth and height
My soul can reach, when feeling out of sight
For the ends of Being and ideal Grace.
I love thee to the level of every day's
Most quiet need, by sun and candle light.
I love thee freely, as men strive for Right;
I love thee purely, as they turn from Praise
I love thee with the passion put to use
In my old griefs, and with my childhood's faith.
I love thee with a love I seemed to lose
With my lost saints — I love thee with the breath,
Smiles, tears, of all my life! — and, if God choose,
I shall but love thee better after death.

— Elizabeth Barrett Browning.

# হীরম লোমায়

## ৱাহৈ খরদং

মণিপুরী সাহিত্য অসি হায়রা লিরবা, য়েহেলৈচিংদগী হৌনর মশাগী তোন-তোপ্পা 'ট্রেদিসন' অমা লৈবা, মাতি অসিগী পুনসিগী ইতিহাসতা ৱৈরকখিবা চেক্লে করা অমদি অহোংবা করাগী মরক্তা, খোঙচৎ অমা কাওবা য়েংহনবা ঙমদনা লৈরকপা, লমদম অসিগী মীশিং, মখোয়গী চৎনবী, থাবা, মচু, অমশং, অশাম্বা অমদি নুংগী মনাও করাগী ৱাহৈরিনি। অশেংবা করম লমদমসিদা লোকখ্রে; মখোয়গী মরক্তা করানা চি-থাদোক্লগী শৈশক লৈখি; করানা এরিগী মনাও তম্মই; করানা অম্মাগী খুর লৈখি। অসিগুম্বা তোঙান তোঙাননবা শৈশক অমখুং খুরাশিং অসিনা চিল্লুবা মাতি অসিগী সাহিত্যগী শকতম লাক্লুনা পৃথিবীগী সাহিত্যগী মতাংদা লমদম অসিগী অশেংবাশিংগী খুদাকম অমা লোননবা হোৎনরি। মসি অঙকপা ৱারি নত্তে — লাইহৌরোল লুখোই, লৈরেম্বম খোংনাংথাবা, লিন্থোইঙম্বী, নরসিং, গাওনর, টিকেন্দ্রজিৎ, ভাগ্যচন্দ্র — অসিনাচিংবগী লোক্লুকম ওইরিবা লমদম অসিগী সাহিত্যগী ইতিহাসতি চুম্লগী লমাম খরতনা, লন্থুপ খরতনা লোয়শিনবা য়াদে। অমুকক্তু হন্না হৈথবা তাই; খুমাংনখ্রবা চেনাশিং অদু অমুকক্তু হন্না শংদোকুনা খোমজুল লিরবা তাই।

পৃথিবীগী হৌখিবা অমদি চঙারিবা সাহিত্যগী ইতিহাসতা তোঙান তোঙাননবা অহোংবা-অনৌবা, থৌহৈ অমদি খোঙহৌ করম লোকখ্রে। মদুগী খোন্নুং অমদি থথক-থলোম করম চাংশাংশিং অসি লান্নুরকুনা লমদম অসিদা তিন্নুনা ঐখোয়গী সাহিত্যগী শাল্লোন অমদি শকতম করাদা হোৎনবা হোৎনরি। অদুবু অসিগুম্বা হৌখিল অমখুং থথক-থলোমশিং

থৌসিনর মেথাকপা শুপদনা তৌখিরবা, মশাগী অশেংবা অমসুং ফজবগী শক্তম অদু কোরন্দুনা মুক্তা কয়র অমি লৌখিবা, মণিপুরী সাহিত্যগী তোন-তেম্বার খুদোল অমদি শক্তম কয়র, ঐথিবিক ফাওবা মাংদনা তৌরি। কাব্যদা হৈনবা, মণিশাদর ইপুত্থোবা ঐখোয়গী অশেংবাশিংনি। খুন্নুং মণি কয়র, মাজারী কয়র, কৌস্তু মণি অমদি নবরত্ন মণি কয়রনর মদুগী লেংদ্রবা প্রমাণ-ওইরি। মাথি অসিগী অশেংবা খোঙায়দি মণিশাগী মতুংনি; মদুগী মংলবা মতুং অদুদা অমনবাশিংনর নুংঙুনর মাংবা নাইদ্রবা কাব্য কয়র মুক্তা কয়র অমি শাফুনর লৌঙ্কি।

প্রেম-কাব্যগী মশাগী ওইবা তোন-তেম্বা ফজাবা অমা তৌখি। ফজবগীদমক লাংতক্কবা, নুংশিবনু মীরাংচানিংবা মীওইবগী খোঙায়মনি। অদুনা খোঙায়মনা মিফ ফজবগী শক্তম কয়া, খোঙায়গী মতাউ অদু যাবা মকল-মচিনবা কয়া। মতমগুংদর মদুনর নায়ক-নায়িকাগী শক্তম লোমদুনা নিংথি নিংখিরবা প্রেম-কাব্য কয়াগী মাংদ ওইরকই। মণিপুরী সাহিত্যগী লিরবা মশাগী অশেংবা লন কয়াগী মরক্তা প্রেম-কাব্যগী অমর ওইরবা মাংবাশিং অমম ঐথিবিক ফাওবদর মাথি অসিগী মীশিংগী খোঙায়দা ঐনৌদর লৌদুনা তৌরি। শৃঙ্গার রসনা মপুং ওইরবা নিংথিরবা খুন্নুং মণি কয়া, মায়োন তরেৎকী মাংবাশিং, অমদি অতৈ

তেঙ্নাও কাওবা ঙসিদা লিনরক্লিবা নাটক-নাট্যকারশিংগী
মতম য়েকপা য়াম্বি থমখনা মনি-পুরী প্রেম-কাব্যগী অহেনবা
মতম অমা লোম্নি। পৃথিবীগী ননাওস্বার লাংতো অমতগী মাইথিজা
ঈমিমসত্র অখুম্নর লিমাইশিংনা ৱারিক্লিবা, মমাংগী
তোম-তোম্বার গ্রেইদিসন অমসুং আহুইডনীতিতি অমা থাক্লর
চিন্তারিবা, অসিগুম্বার প্রেম-কাব্যগী মমাক অসি ভবা চংদে।
মসিমক্লর লাংতো অসিগী লন্নাইগী ওইবা থাবা অমা
পৃথিবীদা উইদা থাম্লি॥

অসিগুম্বা মৈতৈগী অশেবাশিংনা য়েকলম্লিবা
অমর ওইরিবা নাটক-নাট্যকারশিংগী য়াম্বিশিং অসি
ওসমানিংবনা প্রেমপ্রেক্ত অসিগী ঙককওইবা থাকসানি।
অসিবু মপুং থানবা খেংনবাদা ঐগী খুদ তাম্পুনা
লমাথিংবিরিবা, ঐগী ঐপা শল্লুবা. শ্রীঅশাংবম
মীনাকেতন সিংহ, সাহিত্য রত্ন, ঋষাবা থাবিশিংগী
মরক্তার খুদংকম অমা থংলিবা, অশোইবা কবি
অসিনা লিবা য়াবা তাওতাক অমসুং মতেং থমাসকম
লাবিরমদ্রবাদ, প্রেমভক্ত অসি লৈখিত্তবা ঙসলসলেইদবনি।
মসিগীদমক্তার অশোইবা কবি অসিগী মকমদা মুলিসুঙ্গী
ওইনা ভক্তী অমসুং তৌবিমল থংবা উৎচরি।
ভক্তি ।

তাং অসিদা মণিপুরী প্রেম-কাব্যগী মরমদা কুপ্না হৈনদ্রিদুগী মাংদা পৃথিবীগী সাহিত্যদা থংলিবা প্রেম-কাব্যগী মতৌ অসিগী মতম্না পরিচয় অমত্তং পীনবা হোৎনজরি।

## সাহিত্যদা প্রেম-কাব্যগী মতৌ

পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লৈবাকশিংগী সাহিত্যদা প্রেম-কাব্যগী মতৌ অসি য়াম্না লিরে থাবা য়াই। লোংলেকী সাহিত্যদা মসিগী মতুংওইবা খোঙথেৎ অমা লাকখিবসি হ-সুবা শতাব্দীগী অরুবমখৈদানি। মসিগী মমাংদা ঙিরম মসিদা থবা শৈরেং কয়া থেংনদে থাবগী খুদি নত্তে। অদুবু মখোয়শিং অদু অদুক য়াম্না মশিং লেবা য়াবা থাক্তা লৈরমদে। লোংলোমসিগী সাহিত্যদা অয়াম্বনা থংলিবা প্রেম-কাব্য অসি থাইনগী গ্রীক অমসুং রোমাননশিংগী থাবির-লাইরিক্তা লংবা মরুওইবা চরিত্র কয়াগী মথক্তা যুমুম ওইদুনা মদুদগী লাক্তোক-শাদোকখিবা ওইনা তৌবনা নঙাই। থাগৎলবা শৈরেংশিং অসিদা প্রেমিক-প্রেমিকাশিংগী তোঙান তোঙানবা মুখিমগী থাক্তোন কয়াবু য়েন্থুনা পি। মখোয়গী মরক্তা মতম কুইনগী মমাংদগী থেনা চিন্নাং ওইনা চিন্দা চদুনা লাকলা থাবি নয়া, চরিত্র কয়া, মশেল কয়া য়াম্না মরাংকায়না থংই। কনা নাউমা কবিশিংগী শৈরেংদা নুংশিবগী নুংঙাইবা, অশোনবা, অমসুং যম্বা মশক য়েকলগ থেংনে ; কনা অমগী শৈরেংদনা নুংশিবগী অৱাবা, নিংথৌমদবা, লেন্দবা, লাংতক্কবা, কায়নবগী মচাক কয়া য়েকলগ থেংনে। অদুবু মতং অনিসুবা অসিদা, অৱাবগী নত্রগা নুংঙাইবগী শক্তম ওইরে, নুংশিবগী লেচাবা অৱাবগী নত্রগা ... মশক অমদি কবিশিংনা য়েক্লনবা হোৎনে। অসিগুম্বা মশক অমদি কবিশিংনা য়েক্লনবা হোৎনে। অসিগুম্বা মশক লাইরবা, দাক্কবা পৎপ অমদা খোং থাংশিল্লুবা থাবসি মতুংগী, মখেল মখলগী হৈলাকলে অমদা হৈল থেকনা তুনুবগুম্বনি।

## ) জর্মন সাহিত্য

১২-শুবা শতাব্দীদা ইখিবা জর্মন কবিতা অমখক্তা য়াম্না মরিক চুম্না নুংশিবগী অচেৎপা থম্মোবা, অশেংবা থম্মোয়না কোনশিন্নরকবা নুংশিরিবা মীশক অদুগী মুংলেইদবা মাতম্ হৌরাংবেগী মশক অমা য়াম্না ফজবা শৈরেংদা লৌখুন-লৈরিকোই যাওদবা প্রমাণ অমদা উত্থনা লৈবা থেংনে। মসি "Tegernsee letters" হায়না খৌটিক কাওবা মচিং চেলি। শৈরেং অসি ফনানা ইবমুনো থামবদুদি মায়েক মেংনা খুংবা উত্থেদে অদুবু কনাগুম্বী নহা ওইরিবী লাইনিংথী অমনা মথাঙ্গী ওপায় অমগী মফমদা ইখিবনি হায়না থম্মনরি। শৈরেং অদুগী মাওরক থরাদি অদুম্না ই—

I am Thine, thou art mine,  
Take This as a certain Sign.  
Imprisoned thou art  
Within my heart  
And lost forever is The key:  
So thou must abide in me.

অমসুংবা লম্নাক্কী তিংথৌ মথক্তা, যারুক শাম্নাকাখ্রবা অভিসারগী মশাং মখাদা, লৈ-শু বয়াগী চেমখোয়বিনবা শকুমশিংগুগী মরক্তা, মাতারি প্রেমিক-প্রেমিকা অনিনা। অনৌকান্দা, তম্নাক্কী উজাং অমগী মনাক্তা খোংইনিংনা অপাম-নুংশি শৈখারন্না যটৈশ মল্লি। মসিগুম্বা, অপারবশিংগী মিচত, মচু অমখুং খোমনাংগী মশক অমা অশেং অশেংনা উহনবা উম্না হমারবা শৈরেং কয়াম্ থেংনে। মসিগী অমখক্তা Walther von der Vogelweide (1170-1230)গী শৈরেংদা ঙাক্না কংই। কবিনা অদুম্না ইরি—

Under the Spreading
Linden in heather,
Where for our love a bed we found,
You may see us bedding
Fair together
Crushed flowers and grass upon the ground.

মতুং জর্মন সাহিত্যদা প্রেম-কাব্যগী অহোংবী থক খোঙখিবা অসি Johann Wolfgang von Goethe (1749–1832) খোবকলদগীনি হায়রবা লৈবা যাই। মরম অদু, মখোয়গী মমাংদা শতবর্ষ কয়া অসি গীতিকাব্যদা মনুংওইবা পুংসিবগী তোঙান তোঙানবা মতৌ কয়া সিংথাদুনা খেবুদা হৈবগা কয়া থোকখিদুনবু, সাহিত্যদা যাম্না মরং ওইরিবা শক্তম অসিনু অদোম্বু মুভমেন্ট অমা ওইনা পুরকখিবা অমসুং মদুনা অতোপ্পা পুরুষগী চিংখৈ অমসুং চিদম ওইনা লৈখিদুনা জর্মন সাহিত্যদা নতুনা ইউরোপ মুমসঙ্গী সাহিত্যগী অতোপ্পা অহোংবা অমা পুরকখিবদি গোটেনি হায়রনা লৈবা যাই। মখাক্তা যাম্না নহা ওইরিবদা, চহি ২৪ থবকলদা ইখিবা "Werther" অমসু খোঙলিক কাওবদা প্রেম-কাব্যগী অতোপ্পা অতোপ্পা মতম অমা কদুনা শিথবা নাইদনা লৈরি। চিংগী মতুংদা হৌবা লাম্বিবিক অসি গোটে মামংগী নহা ওইরিবগী পুংসিদা খেংনাখিবা নিংবা থুংখিদবা অপাম্ব-নুংশি খোঙদোক অমসু মথক্তা মুমংস ঙিদুনা ইখিবনি। চিংখৈ থম্বা যাম্না অপুম্বা চৈ।

নহা ওইরিবী, অশক-মতৌ ফজরবী লোওবী হায়রবী পাম্বৈ অমম্বকানু ভুৎবিনা থম্মোয়-কয়না নুংশিবাখি। চেরাগ-মতুংনি কাও, নুংশি কাগী শক্তমতম থম্মোয়নুংদা হৌরকপুনা, থাওবত্তম কোয়হৈন ইন্দাখি ভুৎবিনা। নাচুংখিদে অরাবা কয়া, পীড়া কয়া, হৌবানবা কয়া; লোওবীনা থরাহৌনি, থরাই ওইবী মঙলানগী মমতা পুংসি কয়নে খোইরাংখি। নহা ওইবগী অওকপা মঙি।

অদুবু অমলমচে বিধিনর শাসনী মাবু খুংসিন্নবা পাম্থংগী নাত্তা হৈরু থায়না। মখোং অংথোকদনর ভের্থরগী থম্মোয়বু কায়হল্লম্লগা আলবর্ট থায়নর কৈবর মনাক থুনবা নিলা অমদা লুহোংখ্রে। হৌদ্রিক করি উপায় লৈরি ভের্থরগী? থাদোকপদা ভমদনর থম্মোয় নুংঙাইহনবা অতোপ্পগী মরল ওইথ্রবী লোত্তীবু ভের্থরনা মপুরোইবগী মমদা তোয়নর উন্নবা লাকখি। অদুবু মদুনথু ভের্থরগী থম্মোয় লেনবা ভমখিদে। মতমথংদা হৈমবাক দুন্নমক থাদোক্কুনা নিথম্বরগে খল্লগে খুংসিবু। ঢেলমদাম্বগী মতমনি। অমসুং মপা শিন্নুনা হৈরেং বায়র দুখোক্কুনা লোত্তীগী মংদা পাম্মদনা, মখুত্তর লিস্তোল পায়দুনা, থম্মোয়গী নিংথোবা মীশক অসিগী মংদর, হৈনোর দুন্নমক পুক্কোক্কুনা মপুংফবু লোইহল্লখি।

লাইহুরিক অসিগী মতাং মতাং বায়মুক্তা, ভের্থরনর মথক্তী থম্মোয়দর লোত্তীগীদমক্তা কাওরিবা থিংবা ভমদ্রবা নোংলৈ-নুংশিহুক্লবা দুন্নিংগী ফিভমবু কোংদোকখি। মতাং অমথক্তা য়াম্না মরিকুম্না ভের্থরগী থম্মোয়নুংদর ওমদুনা চাল্লিবা লোত্তী কায়নবগী অরাবা হৈরী অদুবু কোংদোক্কুনা অদুক্না চিঠি অমদা ইখি— "I want to die! – It is not despair, it is the certainty that my sufferings are complete, and that I am sacrificing myself for you. Yes, Lotte! Why should I conceal it? One of us three must go, and I will be the one!" (December 21) অদুক্না নুংশিবগী অরাবা, কায়নবগী হৈমবাক, দুন্নমক অসি অশেং অশেংনর লাইহুরিক অসিদর উত্তুনা প্রেম-কাব্যগী প্রসঙ্গদা সোর্টেগী দাগ অমা থিখি।

## (২) ইটালি সাহিত্য

১৩-শুবা শতাব্দীগী মরাক্তা লৈকনদা Jacopone da Todi (1230-1306) না ইটালি লোনদা কথা-কথারবা কবিতা কয়ামরক্তা হীখি। মদুগী মতেক অমখক্তী মখাদা নিবোরি —

Love, oh love, you have wounded me so
that no other word can I cry out;
Love, oh love, so united am I with you
that only you can I embrace ......

অদুবু ইটালিগী সাহিত্যদা প্রেম-কাব্যগী অরাংবা মমক অমা চুরকখিবদি মহূংঙইনা সীশক অনিখক্তী খুদোললি হায়না লৌবা য়াই। অমনা পেত্রার্ক (1304-1374) অদুগা অতোপ্পা অমনা Dante Alighieri (1265-1321)নি। পৃথিবীদা 'সনেট' হায়না খংনরিবা পরেং ১৪-না শাবা কবিতাগী মখল অমা হৌদোকখিবা অসি পেত্রার্কনি। পেত্রার্কনা নুংশিবগী মরমদা কয়া কয়ারবা কবিতা কয়ামরক্তা হীখি অদুগা মখোয়শিং অদু মহাক্না মচুসিদা খেংনখিবা লোরা হায়না কৌবী নুপীমচা অমগী মরমদা বাখি। ডান্টেগী পুঙসিদা অহোবা শরাক অমা লৌখিবা অমসুং মহাক্কী শোয়রংশিংদা কাওবা ঙমদনা হন্না হন্না নিংশিংহল্লিবা অসি Beatrice হায়বী নুপীমচা অমখক্নি। ডান্টেনা হেৎখিবা কাওবদা নিংশিংনরিবা অসি মহাক্কী হৈবাসুবা "Divine Comedy" হায়বা অহোবা কাব্য অসিগী দমঙনি। মসিবু মহাক্না Inferno, purgatorio, অমসুং Paradisio হায়না শরুক অহুমখক্না খায়দোক্নুনা কৌরম হায়না মহাক্কী শক্লোননা চাংয়েং অমসুং হৈক্রু কয়া তানুন্নুনা

রোম্বীবদা Beatrice না খুৎশাম্দুনা স্বর্গদা লাকখিবগে হায়বদু ইলি। মীশিংচৎলবা লাইরিক অসিগী ৫-শুবা সর্গদা ডান্টেনা Francesca অমসুং Paolo হায়বা প্রেমিক-প্রেমিকা অনিখক্কী হৎলোয় পায়নিংঙাই ঊরবা বারি অমখক নিংশিনা য়েক্লি।

## (৩) ফ্রেন্চ সাহিত্য (French Literature)

১২-শুবা অমসুং ১৩-শুবা শতাব্দীগী অহুমাইদসু ফ্রান্সতা 'রোমান্স' কয়াম-কয়া থোরক্লনা নোংচুপলোমগী সাহিত্যদা প্রেম-কাব্যগী মতৌ অসি হেন্না কনখৎহনখি। অসিগুম্বা রোমান্সশিং অসি অয়াম্বনা হাইনগী বারিশিংদা মুমক্ম শিন্দুনা হীখিবনি অদুবু মখোয়সু ঐরবা কবিশিং অদুগী মশিং-মথা লেংনা খংনখিদ্রে। মখোয়গী অমখক্তা 'Floire et Blancheflor' (before 1170) হায়নর খঙ্ঙি। মসি মধ্যযুগতা যাম্না মশিং চৎখিবা বারিনি। ফ্লোয়রনা নায়কনি; ব্লাঙ্কেফ্লোরনা নায়িকানি। অতোপ্পা 'Aucassin et Nicolete' (c. 1200-20) হায়বা রোমান্স অমখক্তসু প্রেমিক-প্রেমিকা অনিখক্কী নুংঙাই পোনলোইনখিবা বারি অমনি। 'Flamenca' (c. 1240-50) হায়বা ১৩-শুবা শতাব্দীদা ঈখিবা থা-থংবা ফ্রান্সকী রোমান্স অমখক্তসু কয়াম হায়না ফ্লামেনকাগী মপুরোইবা বোরবোনগী খুবামনুংদগী নান্নরক্লনা নহা ওইরবা নেভরস্‌না লোন্না লৌখিবগী বারি শিরি। অদুগুম্বা মথুংত ইনা রোমান্সশিং অসি থোরক্লনা মসা মসাগী নায়ক-নায়িকাশিংগী নুংশিবগী মুৎনাইজবা মতৌ কয়া লোয়নননা প্রেম-কাব্যগী ইতিহাসতা অনৌবা লমচৎ অমা মনুপা কয়া হাংদোক্লকখি।

অসিদগী নওনর গ্রীক, রোমান অমসুং লাটিনগী অরিবা শৈরেং
যামুক্তা ফজবা ফজরবা নুপা-নুপীগী থমোয়শিংগী মরি অসি উবা ঙম্গদ্রি
মায়কৈদগী কাংই। Ovid (43 B.C. - A.D. 18) না লাটিনদা
'The Art of Love' হায়বা লাইরিক ইদুনা প্রেম-কাব্যশিং
লেখিবা মশক অমা লিখি। Catullus, Gaius Valerius (87-54 B.C.)
মসিগী গীতিকাব্য ইবানা মমিং চৎলবা রোমানশিংগী কবিনি।
মহাক্না শৈরেং অমাগী লেসবিয়া হায়বী নুপী অমগী মথক্তা
ইখিবনি। মহাক্কী শৈরেং অনিথৈবা যাম্না চেন্না মনুংগী অনিংবা
দু ফোংদোক্লি —

But, be false, do what you will,
Lesbia! I must love you still.

## (৪) ইংরাজী সাহিত্য

ইংরাজী সাহিত্যদা প্রেম-কাব্যশিং মখোই লাকখিবসি যাম্না
মতমগী মতম হায়বাদি শতাব্দী ৬-শুবা অদুরাইদগীনি। মতম
অসিদা যাম্না মপুংফাবা শৈরেংদি থেংনখ্রে। অদুগা হিরম
অসিদা অহানবা লমযানবা ঊখিবা অমদি "The Wife's
Complaint" হায়বা অমখক্নি। অসিগী ইখিবা কবি অদু
মিংনা খংনখিদে অদুবু অসিদা মথক্কী খুঙ্গবা কবি অমগা
অপুনবা মতম কুইনা বাসন-ঈশৈ কংখৈরবী নুপী
মখক্কী অরোন-চেংথবদু নিংখিনা শৈখারি। মাইকৈ অসিদা
১৪-শুবা শতাব্দীগী মপুংঙাইবা থোরকখিবা কবি অমদি Geoffrey
Chaucer (1340-1400) নি। মহাক্কী মপুংঙাইনা লাইরিক

মচুমখক্তা হায়বদি 'Legende of Good Women', 'Troilus and Cryseyde', 'The Knight's Tale', প্রেমিক-প্রেমিকাশিংগী মাংলা থৌদ্রবা থৌওশ শকখি। অমুরনবগী লাইরিক অসিদা মথাক্কী য়াম্না থৌ-নৌবা অমসুং ফবা লেংদা অমর ওইরবা নায়িকাশিংগী মরি ওঈখি। নারবর মতুংশিংবা এদসেটোসপু করুনবগীদমক্তা চঙ্গ হায়নর আলসেজাটিসনর মপুশিংবু পাংখিবা হায়বগী ফঙবা মরি অসিনর লাইরিক অসিগী ইহান হনবা য়াম্ন ওইহল্লে। মকোনবগী লাইরিক অসিদনর ত্রোইলস অমসুং ক্রিসিদাগী নাম-নুংশি মরিবু য়াম্না চৈং-লেঙ্গা বাবুদা উৎলি। অদুম্না মসগী থেনসর্রা লোয়নবা নুংশি-মরিবু 'The Knight's Tale' য়বাসিদা য়েংলি। ১৫-শুবা শতাব্দীদা হিরম অসিদা ইবা শৈরেং য়ামরক্কম থোরকখি। Sir Thomas Clanvowe (c.1403) না 'The Cuckoo and The Nightingale' হায়বা নুংশিবু সেথারা লৈরবা কবিতা অমা ইখি। অতোপ্পা 'The Court of Love' (অসি ১৬-শুবা শতাব্দীগী হৌজিক্লবাদা ইখিবনি হায়নরি) হায়বা শৈরেং অমদনা ফিলোমেলাট হায়বা নহা অমগা মতোয়ামল হায়বী নিংথৌগী মচানুপী অমগগী মরি লিংথিনা লিরি। James I (1394 - 1437) না 'King's Quair' হায়বা লাইরিক অদা জোরান বিউফোর্ট উন্নাখিবগী নাস-নুংশি মরিবু ফিকচুনা লিরি। মসিদগী খর তোঙনা William Dunbar (1463-1530) না 'The Golden Targe' হায়বা নুংশিবগী রসদা শৈরেং অমা ইখি। অতোপ্পা 'The Nut-brown Maid' (printed in 1502) হায়বা বেলেড অমখক্তামক নহা ওইরিবা অদুম্না অমখক্কী ইচে-চেনী নুপীমচা অমখক্কী অনিগী অখেংবা মায়গী মরি অমা য়েংলি।

১৬-শুবা শতাব্দীগী হৌরগ্লকপদাদি অমাঙ অমাঙবা সনেট হায়বা
[illegible]সংগম খোরজ্ঞানর ইংরাজি সাহিত্যদা প্রেম-কাব্যগী মাহৈবা
[illegible]ম অমা চিৎকাখি। মখোয়সিগী মরক্তা Thomas Wyatt (1503-
42), Henry Howard (1518-1547), Walter Raleigh (1552-
18), Edmund Spenser (1552-1599), John Lyly (1553-1606),
[illegible]hilip Sidney (1554-1586), Michael Drayton (1563-1631),
[illegible]সনাচিংবাসিং অসিনর অথোয়বনি। এদমান্ড স্পেনসরনর এলিজাবেথ
[illegible]য়লদর ইংলেস-চেন্নর সনেট অমখক্তার অপুক্কা হায়খি —

So let us love, dear Love, like as we ought:
Love is the lesson which the Lord us taught.

[illegible]লিপ সিদনিনচু লোনলোশাগী দোবরোবল দর হায়খিবা সনেট অমসী
[illegible]ং অমদর অপুক্কা শকখি —

My friend, that oft saw, through all masks, my woe,
Come, come, and let me pour myself on thee.
Gone is the winter of my misery!
My spring appears, oh, see what here doth grow.

[illegible]মাস লোজদা (1558-1625) নর অতোপ্পর মিং অমখক্তা
[illegible]লিন হায়বী স্বর্গ অমসী মশাবা শারকাদার অপুক্কা হায়খি —

Her neck is like a stately tower
Where Love himself imprisoned lies,
To watch for glances every hour
From her divine and sacred eyes.

Christopher Marlowe (1564-1593) নসু শৈরেং মচা মচা কয়ামুক্ত, মরুওইনা "Come live with me and be my Love" হায়বা শৈরেংগী শৈরেং অমখক্তা নুংশিবগী কথরবা মওং অমা লিখি। অদুগা খ্বাইদগী হেন্না মশিং চংলিবদি মহাক্কী "Hero and Leander" হায়বা শৈরেংগী লাইরিক অসিনি। হায়রিদি গ্রীক্কী মশিং চংলবা প্রেমিক-প্রেমিকা অনিগী অরোং-লোনজাইনৈখিবা হায়্রায় কায়রবা মতাং অমদগী লৈরকনি।

হিরেৎ নচৎ ওইনা হায়্রায় কংনা মশক-মতৌ থম্লবা হেল্লিসপোন্ট তুরেল বাংমদা লৈবা লিয়ান্দর হায়বা নাখুং অমখক্তা নুংশিখি। নাখুং অসিনসু হিরোবু হায়্রায়-লেংনা নুংশিবাদুনা নুরা মচুংলাংগীদমক যাদৌবী কৌদোল থৌরাংখি। অমুক্তা অহিং খুদিং অমাম্বা তুরেল বাংমদা উরবা হিরোগী দলাননগী মমথক্তা ঙাল্লবা হৈবান অদুনা লেমপিং ওইদুনা থৌরে কল্লবা হেল্লিসপোন্ট তুরেল লানুংশুনা হিরোদা উন্নখি। নোংমদি অকনবা নোংলৈ-নুংশিত্ অমনা মৈমদাকদুনা মাংহৈ অদু নুংখ্রবদা মাংহৈ অংদনা নংমক-নহৈবনা নুংশিবা তুরেলদা লিয়ান্দর মথম অংদনা নহাকুখি। মদু উরবদা হিরোসু মহাক্কী বাংলবা দলানগী মথক্তগী চেংখরক্লুনা নহাবাক্লুংদা লিয়ান্দরগী হেনা শুংইদুরি।

মাহৈগী অসিদা ১৭-শুবা শতাব্দীগী তোম্বামনা ওইনা থোরকখিবা কবি অমদি Robert Herrick (1591-1674)নি। মাক্ক যাবা শৈরেং অমদা কবিনা মহাক্ক নুংশিবা নুপীমচা অমগী মমতাক অশেংবা হায়্রায় অদু লোংদোকলি—

Thou art my life, my love, my heart,
The very eyes of me,
And has command of every part,
To live and die for thee.

১৮-শুবা শতাব্দীগী প্রেম-কাব্যশিংগী মধ্যদা অসিদগী অচৌবা শাইরে অমা লিখিবাদি Robert Burns (1759-1796) নি। মতাং অমদগী কবিনা মহাক্কী নুংশিবগু অমুক্না লিংখৎখি—

O my Love is like a red, red rose,
That's newly sprung in June:
O my Love is like the melody,
That's sweetly played in tune.

অমুকপু কবিনা মহাক্কী হায়রিবশিং অনিংবগী অতুং কবিতা অমদগী হোংদোক্লুনা হায়খি—

Were I monarch of the globe,
With thee to reign, with thee to reign
The brightest jewel in my crown
Would be my queen, would be my queen!

Thomas Campbell (1777-1844) অমসুং Sir Walter Scott (1771-1832) অনিনা অমুক য়াম্না মশারবা বেলেড কায়সরং-ম চুমথোরকুনা নুংশিবগী মতংবা লাইরবা মতুং-মতম শকাললকখি। Lord Ullin's Daughter' হায়বা কবিতা অমদগী কেম্লবেলনা লর্ড উলিনগী মচানুপী অমসুং ইলেভর-চিফকী মচা অনিগী অরোং-লোলজুননখিবগী নুংশি-থৌরিবু মারিকচুম্না হায়ফম-কায়না লিখখি।

যতনথু 'Rosabelle' হায়বা কবিতা অমদা নুংশিবশিংদুগী লোং-নুংশিদনা ফল্লবা অহিংদা চাল্লুবা তুরেলশী খংবক-খইরি মরক্তা মচুশিং কেমজ্রবা নীমচি অমশী হাঙ্খাম-চিল্লুবা নুংশি-খৈমে শকাখি।

১৯-শুবা শতাব্দী অসি ইংরেজি সাহিত্যদা প্রেম-কাব্যশী অমৈবা হাক যৌখিবা মতমনি হায়নবা লৌবা য়াই। মতম অসিদা কীটস, বায়রন, শেলী, ৱর্ডসৱর্থ অসিনচিংবা কবি কায়াসক্তা থোরক্লুনবা প্রেম-কাব্যশী ইনৈ নৌবা শাবক্লবন পুথোরকখি। মাঙ্গৈসি অসিদা তেঙ্গান তেঙ্গানবা মাতি অদুনা খৈশি শকাখিবা কবি অমদি শেলীনি। শেলীদি অশাসকপু নাশিংগী তিংখং মরক্তা অদুনা খ থোল্লুবা প্রেমিকানি হায়না কাখি। টৈশরং অমদা কবিনা মখাক্তা মকমদশী চংখ্রবা ভংশিবা অমদা হাঙ্খাম-চাল্লুবা হংখি —

Are thou indeed forever gone,
Forever, ever, lost to me?

অমদনা অমুক কবিনা হাঙ্খাম-শোল্লুবা কৌরি :

This is the season, this the day, the hour;
At sunrise thou shouldst come, sweet sister mine,
Too long desired, too long delaying, come!

ৱর্ডসৱর্থনথু মতম অমদা মখাক্তা নুংশিবশী কাপবা শতমথু অথুম্না হায়খি —

A violet by a mossy stone
Half-hidden from the eye!
Fair as a star, when only one
Is shining in the sky!

## (৫) অতৈ অতোপ্পা সাহিত্যদা প্রেম-কাব্য

ইংরাজি সাহিত্যদগী নত্তনা, পৃথিবীগী অতোপা অতোপ্পা লোনশিংগী সাহিত্যদা, প্রেম-কাব্যগী মহৌ অসি অনৌবা নাত্তে। মাইহৈ অসিদগী জাপানীজ কবিতাশিং অসি শিংথাবা য়াই। জাপানীজ সাহিত্যদা প্রেম-কাব্যগী অচৌবা খুদোংচবা শিরম্বা কবিশিং অসি অনাম্বনা নুপী ওইরম্মি। মখোয়সিগী মরক্তা Lady Izumi Shikibu (970-1030), Ono no Komachi (fl. ca. 850), Eifuku (1271-1342) অসিং পানবা য়াই। ইজুমি সিকিবুনা কবিতা অমদা অসুম্না হাই—

Lying down alone,  
My thoughts are fixed on you – so deeply  
That I have forgot again  
The tangles of my long black hair  
In yearning for the hand that stroked it clear.

ওনো নো কোমাচিনা হাই—

On such a night as this  
When the lack of moonlight shades your way to me,  
I wake from sleep my passion blazing,  
My breast a fire raging, exploding flame  
While within me my heart chars.

মরেংশিং অসি ই, মাইনরনা (E. Miner)না ইংরাজিদা হন্দোকখ্রবসী নীথোরবকখিনি। মখাক্তা হন্দোকখ্রে মতমগী লৈরংশিংদা অসুক্ক নুংশিবগী উবা মশক অমা উবা ফংই—

In my heart,
Weakened now by your betrayal
To the point of death,
Even misery takes on pathetic beauty
And my bitterness is gone.

৮-শুবা শতাব্দীদা Po, Chu-I কৌবা চাইনিজ কবি অমগী
মহাক্কী 'Western Wind' (in Arthur Waley's translation)
কৌবা কবিতগী অমদগী নুংশিবগী ফীবমগী অশাংবা অমসুং অনিংবগী
মশাক অদু ফোংদোক্লি—

My bed is so empty that I keep on waking up:
As the cold increases, the night-wind begins to blow,
It rustles the curtains, making a noise like the sea:
Oh that those were waves which could carry me back to you!

চেক-চেঙ্গর থিনাসিংগী কবিতগী অমদগী কনাগুম্বা প্রেমিক অমগী
মশেংবা শকখোং অদু ঙাইত-ঙাইতনা তাকলি—

Tell me, my sweetheart,
Do you love me or don't you?
I love you, I love you,
I cannot forget you.
(Collected by I. Csenki)

আমেরিকান কবি এডগার এলেন পোনর মহাক্কী অশেংবা হয়োমগী মশক উইথুনর নুংশিবগী মকাসদর শৈরেং অসি হায়রি—

Thou wast all that to me, love,
For which my soul did pine,—
A green isle in the sea, love,
A fountain and a shrine,
All wreathed with fairy fruits and flowers,
And all the flowers were mine.

## (৬) ফারস্য-সাহিত্য

মতৌ অসিদর ফন্দবা য়াম্না শক্নক অমসুং ফারস্যগী কবিতাশিং অসিনি। ওমর খয়াম, সাদি অমসুং হাফিজ অসিনা চংবা কবিশিং অসি থোরক্তুনর মাঙবা নাইদ্রবা শৈরেং কয়া পুথোরক্তুনা প্রেম-কাব্যগী মতমতগী ফাজবা মশক উইথোকখি। মাইকৈ অসিদা ওমর খয়ামগী 'রুবাইয়াৎ' থোমিক ফাওবদা ফারবা মীয়ম খুদিংমক্কী থাজবদা ইনৌদর নৌদুনা লৈরি। মতৌ অমদা ফারস্যগী কবি অসিনা হায়রি—

Here with a loaf of bread beneath the bough,
A flask of wine, a book of verse — and thou
Beside me singing in the wilderness —
And wilderness is paradise enow.

অমুকখু কবিনা হায়রি —

Ah Love! Could thou and I with Fate conspire
To grasp this sorry scheme of Things entire,
Would not we shatter it to bits — and then
Re-mould it nearer to the Heart's Desire!

অদুক্না নুংশিবগী থেংবন থেংবনবা শক্তম কয়াসরুম খোরজুনর মেকলকপা অসি সাহিত্যগী থাক্তা অসীবর তৌ। মরম পুম্নমক অসি মেংলুরগা ঐখোয়না খঙবর লাকই মতুদি সাহিত্য হায়বসি অমত নত্রগা মুগা অমগী ইমে-ন্থর মমি অমখুং খোনুং ওইবদর নতুনর, মসিনর কবি কবিশিং অদুগী থাদোকপা উমদ্রবা দুগিসগী শরুক ওগুম ওইদুনর ঐখোয়দর মখোয়গী ওরুবর খনিশ, নুংশিবর, অনাম্বা, মঙ কয়াগী লোয়্ববা নাইত্রবা রাস অমুক্তি। কনাগুম্বনা রাকম অসিদর অসিগুম্বা সাহিত্য অসি য়াম্না লেন্নর মশামকতা লৈশিন্দুনর লৈবর (Subjective) ওইনর উরম্ব য়াই। অদুবু কবিশিং অসিনদি ইতিং-থিংনর হায়বা উমই মতুদি মীওইবর খুদিংমকখু মখোয়মতুম্না অসিগুম্বর লৈচিক, অরাবর, নুংশিবর পুম্নমক অসি খেংনারি, মতুদি মুগা খুদিংমতুর, মযাম খুদিংমতুর, পাপ-বিপাপ খায়দনর মীপুম খুদিংমক্কী হৌখোয়দর লোসমক অসিনর রায়েল্লি, মতুদি হৌখোয়দগী শিন্নরকপা খণ্ডী নচু তন মাল্লবতুম মীপুম খুদিংমতুখু মচু অসিগী খেন্নবা লৈতে। অসিগুম্বর থাব্বা অসিগী মানুর কবিশিংনর মশামকাবু দুগিসগী থিংখং মরুতার লেংশিনুনা খংখেং ওনর শোকইল্লি, অদুগা মতুগী খোরকপা খনিশং অদুনর সাহিত্যগী লাসায়দর মেতুনর মীওইবা মকসদর চেরবর দান কয়া মুগা কয়াকগী তেবদুনর লাল্লি।

যুগ কয়াগী মমাংদগী থৌনা মনি-পুরী সাহিত্যনা পুংফারনা লাকনবা থৌদ্রিংদগী, লৈবাক অসিগী মীশিংনা শরুক য়েংবনবা মকম অমখুং থোদোক কয়ামরক্তমদা হৈনুং উইনা নুংশি-নুংঙাউ অমখুং অনাম-নুংশিগী শৈশে কয়া শকুন্দুনা লৌল্লি। মখোয়শিং অসি ককনা কয়ম্বা মতমদা খিবানা হায়বসি চৎথনা ভকলা ইম্নরে অদুবু মখোয়গা মরি লৈনবা থোদোক কয়াদ অশৈবাশিংনা মতাং মতাংদা পাচিনুনা শরুকবা থেংনৈ। অসিগুম্বা শৈশিশিং অসি মখোয়গী শকলগী মকম অমখুং মওং থেন্নরকপগী মতুংইন্না য়েংবান য়েংবনবা মমিংশিং লিনরক্লি। খুল অমগুদা অকন্নবা শরুবা শৈশে উইরবদি মদুবু পল্লী গীত হায়না খঙনৈ। খুনং, চিংনুং-মানুংদা শরুকবা শৈশে অদুমনি। অসিগুম্বা শৈশে অসিনা কাকথোকলকপা মতমদা লোক-গীত (খুন্নুং শৈশে) ওইরকই। অখুন্না পল্লীদগী লোক, অদুদগী কাব্য ওইরকই। অদুদগী মথং সাহিত্য লাকই। সাহিত্য হায়বসি খুন্নুংগী য়াওং-শঙং, মরী দুক্ষমক্কী নিংথিবাবা শক্তমনি। খুন্নুং, চিংনুং-মানুংদা ইচে-চম্না শরু-লিনরকপদগী ময়ামগী ওইরকপা হায়বদি অদুংথকা সাহিত্য ওইরকপা অসি মনি-পুরী সাহিত্যদা মরাং কায়না লৈ। মখোয়গী মরক্তা মীওইবগী অনাম-নুংশি অমাদি নায়ক-নায়িকা-শিংগী নুংশী শক্তম কয়াবু নিংথিনা য়েংনা লিবা শৈশে কয়া লৈরি। মখোয়শিং অসিনা মনি-পুরী প্রেম-কাব্যগী অহৌবা শকম অমনি।

মরিং পাখংনর লমিং থবতী চিংথাসদর পাম য়াবনবদর শকপা খটশিনি —

শাবননর লৈরী লৈখোং চেং
লৈ নংবু নুংশিকর
নুলর (নুরর) মাবু নুংশিকর
নুলর মানর মাথেল্লি।

শাবন থায়বদি খুমংগী অকোম্বদর থোনবা লক্সী অদ্দনি। অদুগুম্বা লৈরী লৈবাক খোল্লগা মাখোং চেংলক্লুনর শাগাদ লৈ নহাকপু ঐনর নুংশি থায়বনি। কবিগী লোন্দর, গীতইগী খরাক্তি থেংবিন্দর শাগা লৈ থায়বনি। লৈ নংবু নুংশিবগুম নুরর মাবুসু নুংশি। নখোয় অনিমক নুংশিবনু নুরর মানর মাথেল্লি। মসি চিংনুং-মানুংগী শিশকনি। চিংথায় অসদা মরিং পাখংশিংনর পাম য়াবনবদর শকপা মতমদদি খটশি অসি চিংনুংগী ওইবরমই। অদুবু থেবিগী মীপুম খুদিংমক খুঙনরবনর লৈবাক্কী ওইরে থায়বদি লোকগীত ওইরে।

অহল-লমনাসিংনর নাকাংয় য়েংদবা, চুংমাং য়েংদবনু থায় খৈথেওয়কী মচর" অদুগুম্ব থায়। মসিদগী "কু কু কু খৈথেওয়" থায়দুনর লমখুনুদর পানসিল্লে। অদুদগী বার্বর মর পোকলল্লে। শবন্দ্রগ্বী পেইশাগী বার্বর অসিদর মুরোম্বনর কাণ্ডবগকুবী নুপী অসনর মনুরোম্বদর চাউরোল চবর শৈশক অমর ওইনর থোকলল্লে —

চেক্লোর পাম্বৈখরবনর
পোম্বী হৌজিল্লকপদা
চেক্লোংগী কায়দোংকম খংদবনর
পোম্বী ককওয়ত্তনরেদের।
মতম ঙনেম্মগেও পাম্মুবী
চিংনুংগী মুর লোক্তগী
পাম্বৈবিরক্লোংজবা।

কনা কনাক্তম্বনা ঙাশি অসি নায়কপা পাজশিন্দুনা, পানথোইবীনা লোংলোক নিংথৌগী খাইনবগী মৈচাক খাংবা ওৎমদুনা শকলকপা ঙাশিনি হায়নবা যাওই। পানথোইবী অসুং লোংলোক নিংথৌ অনিগী ব্যাবাদি 'পানথোইবী খোংবুল' কৌবা লাইরিকতা নিংথিনা ঐরি। লোংলোক্কী চাংদর লৈবা লোংলোক নিংথৌনা লোইবিংদা কোইরকপদা পাম যান্দুনা লৈরম্বা পানথোইবীবু উরকৈ। অনি অসি হেক উন্নবদা নুংশিনখ্রে। লম থাগানা লৈনবা মরমদগী লৈন-লৈনবদি থুংনদে। পানথোইবীগী মতম-মগানা খারবা কৌবা নিপা অমদা হাপ্পরে। মতম অদুদা পানথোইবীনা কায়নবগী অরাবা অদু খাংবা ওৎমদুনা ঙাশি ওইনা মথক্কী অসি শকাথোকখিবনি। অসুম ওইরে, অসুম ওইরে ঙাশি অসিনা নায়ক নায়িকা অনিগী দুক্লিং অদু কয়াদা লাইনা অসুম ওইহনখ্রবা হায়বদু উৎলি।

মসিগা লোয় মান্নবা মুর অমদা কনাক্তম্বী নায়িকা অমনা মরান্নর নুংশিবাবা কনাক্তম্বা নায়ক অমগী মকমদা কায়ন-মৈচাক পুবা ওৎমদনা কৌরকপা অদু অতোপ্পর কপারবা গীতিকাব্য অমদা নিংথিনা ফোংদোক্লি —

চেংথারোল অসি শ্রীচৌবীগী কুমার তরা নিপাল শুবনা
খোঙজেলকপা, মৈদিঙগু পাম্হৈবনা মৈতৈ কম্বোল লাইলিংদা
লোকপানি থায়রে। ওমকাপ্পা থায়বাসি মৈদিঙগু পাম্হৈবসী
মাঙমানি। মতম অদুগী মৈএবাক্তা শাংখিবী নুপা ওইবী
লৈরাং শাংগদা মাগী মপা লৈতবনা অমাদি নুপা ওইবী
অমনা কপক্তম খোকপা দুগ্গমক ধুনা কপখিবনা মহাক
অসি লৈবাক্কী মিংযেং ওইখি। নিংথৌগী অশেবনা কপবা
পামথোকনা কপবী ওমকাপ্পা উবদা শকাখিবা থৌশানি
থায়রে। মাগী অসি অবদা মহাক্কী মথৌমাংইনা
অপাকপিবা শত্রুনা মহাক্কী মথৌমাং থুমুংলিবা, মহাক্কী
মথৌমাংইনা নুংশিপাকপিবা শত্রুম মহাক্কীদমক নুংঙাইরল
থৌবক চৎরবা ওবাক ওইবা থমোইদা কনাদা পাক্নীঙঙাই
লৈ! অতোপ্পা শেশক অমদা অমুক নিংথৌমচানু পী
তম্ফান্নুগী মপা লৈতবা শত্রুমক অপাবাশিংগী মিংতা
অশেবনা তক্ তকনা উইল্লি —

শন্নুর খোংজাই থুরবী
রাশিনা চেৎলং খিল্লবী
হাদ ঙাংঙাই শকাহন্বী
কোংগ লৈমচোল অপানবী
নোংদ নোংবী তনৌবী
হাউদন মরনবী তথোয়পী।

শৈশক অসি কোনো লৈমায়োন্দা চীঙখুবগী মরমনাইদা শমুখিবী মোইরাং লৈমায়োনগী লুচিংবী থাদোইগী ফজাবা শক্তমরু অইশবনা অপাক্লী মমাঙদা খিল্লনবা থেংনখিবনি হায়রিন। অখুল্লা ফজারবা শৈশক কমাদা অমাম-নুংশি-নুংঅল্লিবা অইশবগী নুংগী অপাঙবু অহন্নুনা মনি-মুরী প্রেম-কাব্যগী এগ্যও নায়িকাগী নিংখিবারবা শক্তমরু য়েকখি।

অতোপ্পা য়াম্না ফজাবা শীশ অমদা অমুক কনাগুম্বী নায়িকা অমনা নোংখংরবা কনাগুম্বা নায়ক অমগী কায়নবগী ঐজেঙবু থুবা ৎমদনা তেংথাবোল অসি লিখি —

থোঙৱাক অশিথেল মায়কাই নুংঙেল চীং
মাবনা থোরে লাইবা কাম্মাঙ চীং
খুন্নুনা কিয়ন্না অনবা নুংংক চীং
পাখং মেনা শিরগা নুরা মেনা ডাইন থেল
নুরা মেনা শিরগা পাখং মেনা ডাইন থেল
অহাইবঙ ঙুংঙই লাইবাক্তু য়োরিবগু
নুমাং কোলোম ইকাই মক্তবু ওরবাদি
ডাইনহাক থুমৈরাম ডাইনবখোকো লোমুম্বা
মীগী মচৌ লোংদম ওইবা পাম্মুবা!

৩

সনা শংত্রে মাখাগুদগী
লিন্থু চেরাং লৈবানি, শোক্কনি!
শোক্লবসু শোকশন্নু,
কৈথোংদগী তেন-ন পাওনবরগী,
লিন্থুনা শৌ-ওঙ্গনা মুবরগী,
পাম্লুবা মশুং লাংডাইনি।

৪

থাম্লোক্নী লোকমায়দগী
শর্মি-উচেকখুদগী
চেল্লরনা কুঞ্জ কু খোংবাদি
করিগুংগী খোংবানা?
চেল্লরনা কুঞ্জ কু খোংবাদি
নাংগী তোস চেকপু ওইবগা
ঐসংক খাউনবা খোংবানি।

(পাওন চেনুরক্নগী খোম্বা লৈ —শারিগমান)

শেহ্রংগী মতাং অমসুং য়েংবিন্দু —

"দাবি ইবুংঙোর নঙবু
ইমানর অৱাং খাবা
উল্লন থীবু চেইহন্দর
মালেং নোংশীং ঙৈহন্দর
খাম্নী মেশার লাংহন্দনর
তল্লা চেংখাইবা নঙবু
নাউয়োমলাদি শীংঙেন অরম্বর
লৈরাং অতিংঙবু উইরদের
ইবুংঙোর নঙবু ইমানর
তল্লা নত্তে করম্বর
য়েংশিবানর.... "

ইংরেজি সাহিত্যদা ৱর্ডস্ৱর্থকী কবিতা, সংস্কৃত সাহিত্যদা কালিদাসনা মাহাক্কী লায়রিক্মীগী ফোংলম খুদিংমক্তু মথৌরাই লানবা উইনা লৈদুনা থীজিনবগী অরাপ-মুংসি মুংগী মপাঙবু কাওহনবগুম 'হিমাল হিরাঙ' শেমলক্লা অশেংবগী শেমলক অসিদা, অমাইবা কবিশিং অসিনা লেংলমশিনবা কায়াবা অশেংবগী মুল- অদু নিংথিনা উবা ফংই। অদুবু লৈ-তেনা মনিপুরী প্রেম-কাব্যগী মথাক্তা মশাক অসি মিৎসে হায়রবদা অমুকতু থন্না য়েংলুবা তাই প্রেমিক-প্রেমিকাশিংগী. অমদি নায়ক-নায়িকাশিংগী লেংদ্রবা মখাগী বাৰি কয়াদা। মথুংগী অমর উইরবা শত্তম ঘর অমুক কয়াদা লৈনমলরি।

## মণিপুরী সাহিত্যদা ইথিল লিরম্বা সাহিত্য

ভারত অমগী সাহিত্যগী ইতিহাস তম্বা নত্রবদি সাহিত্যকুগী মচু ওইরিবা ভারত অদুগী ইতিহাস লোকলাক্তুইগী মমাংদা, করম্বা মখলগী ভারত অমগী সাহিত্য লৈরম্বগে হায়বসি খঙদবা য়াদে। হায়বদি মতুদা প্রভাবিত ওইহনবা ঙম্বা করম্বা ভারতকী নত্রগা করম্বা লমগী সাহিত্য লৈরম্বা অসিনচিংবসি কুল্লা খঙদবা য়াদে। মণিপুরী সাহিত্যতু য়াম্না কল্লা হেক প্রভাবিত ওইহনখিবা আহুতাশিংগী লোক কথা অমা লৈ। চেৎকী লোম্বা অমসুং ইতিবেন কৌবা নায়ক-নায়িকা অনিগী নুংশি-চনুংনদবা প্রণয়-সারুনি। নায়ক-নায়িকা অনিমক্কী নুংশি-ৱারি অরাংবা য়াক্কী সাহিত্যগী মচেনি। ৱারিবদি অসুম হায়না তৌই।

### চেৎকী লোম্বা-ইতিবেনগী ৱারি:

চেৎকী লোম্বা হায়বসি মমা-মপা লৈখ্রবা লমখাগ মচানি। মখাক মশক-মতৌ ফাবে, মশাদা অঙকপা মতম-লৈরি। ইতিবেন খুল্লাকপগী মচানুপীনি— অমতা লোকাবী, মশক-মতৌ ফাবাদা খুল অদুদা মাগী মপা লৈতে। অদুগা, ওইরিবগী লোম্বা-ইতিবেন লোয়নন্না শান্নামিন্নরকই, মখোক নুংল্লুবা মতমদদু অনাম-নুংশি খোঙদামিন্নি।

অদুবু ইতিবেনগী মপা খুল্লাকপনা মখোয়গী

নুংশি-খোঙচৎমদা পাল ওইরে। লোম্বা বানা য়াম্না নুংশিবারবধু মচেগী মপুংরাজ্যবাদি ওইথনিংলমদে। মরম অদুনা খুল্লাকপানা ওয়েপ্যা- অখিংবা পায়া পিখি। অদুবু অখিংবা খুদিংমক নমহৎতুনা নুমিৎ খুদিং লেপ্না উরাখি। ইতিবেননা ৫ কুনা লৈ কুমলবকপদা পাংথং বাক্তার বাংখুন লেমু। কুনা খুং অসতং উংলক্কবাদি ওইথনাং, অমি উংলক্কবা ইপা য়াংবুর্দি "মস্তি" হায়দুনা নিতি নুমিৎ খুদিং উন্নদুনা হয়েখায়গী মপাউ ওন্নরে।

লোংসাদি মখোয় অনি পামদগী হান্নার ঙ্গলে। লৈহাউ পাম্বী অচৌবা অমগী মখোংদা য়াঙ্গি-রাতায় শান্নার, শারি নাম্লুংনরে। লৈহাও পাম্বীনা শাওরে, ৫ কুবু পাম্বা লৈনি হায়দুনা (বারিনা, লৈহাওবু পাম্বা লৈ হায়না কৌইনি, মরমদি লৈহাওদা খোঙ্গুল ইনাদ) উশিংবাননা, এককম্বী মতোংগাদি নবানি নুংশি-রাইথুংনরগনু" হায়দুনা লৈহাও পাম্বীনা শিরপা পিখ্রে।

মপানা মচা ওইবাশিংগী শাগাং খুংদবা হেনদবাননা খুল্লাকপনা মচেনুপী ইতিবেনগী শাগাং লোয়না খুংলদুনা পাম কুম্বা থংনাদ্র। মশাবি চেবী লোম্বাসা উনবা য়াংদগী ইমোল্লুবা হেনবিল্লকুনা ইতিবেন অনা শাংকুমলে। লোম্বাসীবু মাতি লৈখিদ্রে। চাংদগী বাযাবা লৈ খিরুগে, ইহ নিংথিবা হেল্লুগে। মন্ত্রীরাজদা ফাল্লাংদা থাওল্লগা ইতিবেনদা লানশিনলকই। মপানা খুংলক্লুনা মচুমখু থিংখ্রে।

হেক হল্লকপদা লোম্বা শিরে। ইতিবেনগী মপানর শিংদেংদগী পীং থুখোল্লকপা ঙম ওল্লে। ইতিবেনগী মেওকফমদগী হায়গদ্যখিবা মেখুপা লোম্বগীদগী হায়গদ্যখিবা মেখুপা তিল্লরপা কোরৌ লোংমচেংনদা কাখ্রে। থিংলিংউগী মতমদা লিংবা থুংনাখিদবা শিরবা মতমদা অখিংবা লৈতনা উল্লখ্রে। ইতিবেনগী মপানা অনি অসি কুকাং চেল্লগা কোম অমদা কুমথিল্লে। ইতিবেনবু পামথোরম্বা মীওইশিংনা য়াকাবা অমদা থৌশিং হাপচিল্লগা মতুংদা কুমথখ্রে। মমাংদা ইতিবেননা পাল্লকপা মপাদা “ঙুবেল য়াংম য়াংমদা লৈনারে, য়েংশিন্নবা উল্লদে” হায়রবদগী মতুংথোং হাংলে। মখোংদা মী খরনা মতুংদা ইকায় অমম্মুক হাপচিনবিরে। ইতিবেননা মপাগী মমাংদা অম্মুক পাঙ্খুলনা হায়রবুর। মপানা মতুংথোং অম্মুক হাংদুনা য়েংলুবদা ইকায় অমম লৈরমলে, মদু লৌথোক্লে। লোংমচেংন পাম্থৈরবাক্তা নুংশিনবা নুংশিনবী অনিদু থুংনখ্রে।

অসিগুম্বা য়াওরি অসি পরম্পা মতমদা শরু-শোল্লখিবগে হায়বদু অরম্বা অমা হায়বা ঙম্মদ্রি। কারণগী মতুং অসি য়েংলগাদি মসিবু শকলমলিবা পাওতা অসি লোকনদগী পাব্ব মশক খংলবা পোওতনি হায়বা ওকই। ইতিবেন অমাদি লোম্বগী নুংশি-য়াওরি অসি খুৎতগী ১২ শুরকনা শতকী অদুবায়দা পাচেনখিবা পাঞ্জাবীগী অমর কাব্যশিং — হীর-রাঁঝা, মুলে শাহগী ‘সোহনী-মহিবাল’, কাদরয়ারগী মির্জা-সাহেবাঁ” অসিনচিংবদগী কাব্যগী হাক্তা পাবিদু শম্বদে।

থীর কায়নবদা উপাওদুনা চেপা মরামদা লৈখ্রবী নুপী অমসা উন্নবা খেয়নবা রাঁঝাগী নুংসিবগা মসানৈগী য়াইফানবগীনি থামদুনা থবাও থবাও মপ্পুরাইবগী মসুমদা চংকাদবনি থায়নবা খেমখিবা লোম্বগী নুংসিবা — অনি অসিগী মরক্তা কারহুনবা অরাংবা থাক্কিদা থায়বাসি অদুম খঙবা ঙম্লগনি।

সিরোই-সাহেবা নায়ক-নায়িকানি। থাইগী মরম চেংথিনি। সাহেবা অতোপ্পা অমসা লুহোংখিসদোরে। লুহোংবামদগী সিরোইনা সাহেবাবু ফুরুদুনা লেপ্লে থগোলদা থাদুনা। চুংদা থাগালগা তেংবা মমাস অন্নবলে। সিরোই তেন কাঙ্গদা মপা লৈতবা থীশক অমনি। মাগী তেন্না কাদুনা অন্নবক্লিবা মমাসদু মমং মথং থাগালগা থগ্রগী তাখৈরে, সাহেবাগী মরুংতা মঙাংখৈরে। সিরোইনা তেন থারগা তোরকপদা সাহেবানা মখুং কাদুনা খামথ্রে, তৈরক অদুদা মরুংগী তেন্না থাই-থিল্লকুনা সিরোইগী মনখৎপদা মুংবনা সাহেবাগী কান্তার কাওদরকুনা অখোয়নিমক শিসিন্নখি।

থীর-রাঁঝা, সিরোই-সাহেবা, সোহনী-মহিবাল — নায়ক-নায়িকাশিংগী কায়নবগী অরা-মৈরক্তা রাধী, মেলম, চিনাবকী ঈচেলসা লোয়ন-লোয়ননা চেন্নরকুনা থারিশ শাম্মু, কাদরযার অমাদি মুল্লে শাহগী খোৎসিংগী খোংদগী সাংদল অমাদি গাইবারগী মীয়ামসী থখোয়মনুংদা খোঁদুনা লাকসী মাইথুগী মপবাক্তা ওইখি।

অদুমক খোম্বা-থোইবেনগী শাস্ত্র অমদি চিরুন সত্য উইরবা প্রেমগী থৌওয়ায় ওইবনি — সংস্কারদা সী ফয়ন প্রেমি-প্রেমিকাগী অনিগী নুংশি থোউফমদা অথিংবা ফয় লিপাররবদু, মাখায়দু ফারনয়নবা খেনরবদু মাখায়গী নুংশি-থাবদি অমর উইদুনা লৈখ্রে। লক্ষ্মীবাইগী মথক্তা ফনখ্রবা অমর কাব্যশিংদা বনন তৌরিবা প্রেমদগী খেন্না চেৎখোল্লবা খোম্বা-থোইবেনগী থাবিনা চিংখাং লাইরং লাঙ্গুনা মোইরাং অইশোবাশিংগী খোমাংদা থোরক্লগা অদিরসকী সুমংইরিংবগী থাংলে উইনা খোকতিবনি মোইরাং কংলৈরোলনগী অমর-কৃতিশিং অদি। থোইবিক মাখোয়শিং অসি লাইবীয় সাহিত্যগী মখুরাম্ব উইদুনা মনিপুরী প্রেম-কাব্যগী অনগনুর লেংদনা ফাঙ্কুনা লৈরি।

# অহুমশুবা পান্দুপ

হায়রিদোক :- কবিগুরুগী ভারত অমগী সাহিত্য হেনবা ওইবদি ভারত অদুগী সমাজগী ফিভম অমসুং য়াওন অদু হুন্না খঙদবা য়াদে। মরমদি, কবি অমা হায়বসি অশেংবা কবি ওইবা ওইবদি, যুগ অমগী মশক্ শিল্পি। মরম অসিনা, মখারুগী যুগ অমগী থৱাই (Zeigeist or Time-Spirit) খংনা হেনবা ওই। সাহিত্যদা ঙাইখোয়না থেংনারিবসি কবি কবিশিং অদুগী লেন্দবা, অরাবা, নুংঙাইবা অমসুং অঙ কমা অদুগা লোয়নবা কবিগুরুগী অকানবা সমাজ অমগী ফিভম অমসুং মূর্তি অসিনি। মরম অসিনা, মনিপুরী সাহিত্যদা প্রেম কাব্যগী মমক অসি হুন্না হেনবা ওইবদি মাখোয়গী অসিদা আচৌবা খুদোল অমা লিখিবা মতম অদুগী মোইরাংগী সমাজগী ফিভম অসি লোয়দনা হান্না খংদবা য়াদে।

মতম অমদা মোইরাং হায়রিবা লৈবাক অসি থেকুবাশিংনা মাখোয়গী মরিমতাগী লৈথবা অমসুং কল্লকপা লৈবাকশিংনা অচেৎপা ওইরা থায়দুনা হৈখায়বা সিংজানগী থোংনদুনা লৈবা লমদম অমনি। নুমিৎ চুপ্পদা শৎ-লম্নগী খাকমতনা মরুওইবা থবক ওইরমই। নিপা খুদিং মখুগী চুমিসগী মরুওইবা শিনথম অমসুং উৎপাদ লালোম অমা ওইরমসিনি। মরম অসিনা, সমাজগী লিরিবা ফিভম অসিনা, নিপাগী মমল নোংম নোংমগী থোইদোক্লকখি। নিপানা লৈবাক্কী থৱাইনি, পাখংনি, লানি অমসুং নাপানি। কবি অদুক হায়জনি, নিপানা

লৈবাকনি লৈবাক নিংগনি।

অখুন্না নুপীগী মসল লোংজা লোংমসী হন্নরবনি। নুপী হায়বসি মথৎ খাইদা পাক্লবা, হেকানিংবনা পাংথোক থোক, চিন্নিংবনা পাংচিন মীচেনবা পোৎশক ওইনা লৈমি। নুপী নিংসী সন্নি; মথু ওইবা নিংসিনা শীংবান্নিংবা মতুংদা শীংবানবদা বনানথু বরি হংলুবা লৈতে। মচা নিঙোল ওইবীসিংবু মরাং ওইবসিংনা লৈরাং লাইদা বাংনঙম থাবানিংবা মচামদা কুপদুনা থম্নখ্রে। মরুং-মোচুরা ওইবসিংনথু অতুমঙায়। নুংসিবা বমচা মচাদা নিংদা ওইবসিংনা তরাক্ষ অশোয় লৈতা পেতুনা নিংথাকই।

মসিনা মতম অতুগী মোইরাংগী চখ্রাগী মশাক্নি। নুপী ওইবীসিংগী থাক্খায়গী অনাম্বা, অনিংবা অমখুং মত্তু খুন্নসংবু নমাশিন্দুনা থম্বীরগা নুপা ওইবশিংনা মখোয়না পাম্বা মাইজেংদা নুপীশিংবু শিজিন্নখি। অসিগুম্বা মতম অতুগী চখ্রাগী নিরিবা মশক অসি লোংমদি মোইরাংগী অশেংবগী থাক্খায়গী নাবোংদা দৈমখি। মখাক্তা মোইরাংগী নুপীশিংবু কল্লগে হায়নবা পেনুংনা লেপখি। সিরুগ অসিদগীনি ঐখোয়না মনি-পুরীগী সাহিত্যদা পাউথমদ্রবা মোইরাংগী অশেংবগী যুগ খুদিং বাওবা উসদনা লৈরগদবা প্রেম-কাব্য মথং মথং থেংনরক্লিবনি — (১) অকোংজাম্বা-ফৌওইবী, (২) হেনজুনহা-লাইরুলেম্বী, (৩) খুয়োল হাওবা-যাইথিংকোনু, (৪) কাদেং থাংজাহন্বা-তোনু লাইজিংলেম্বী, (৫) খুবোম্বা-পিদোন্নু, (৬) ৱাংলেন পুংদিংহৈবা-সপ্পাচনু সিলহৈবী, (৭) খম্বা-থোইবী।

অদোম-নুংশি অনিগী মমক হন্না অক মোইরাং চেনুরাশিংগী চেক্লবা থৌওয়াইগী মপাওখোল ওয়াগে হায়না অশেবনা নিংখি। মরম অসিনা, অদোম্বা অমসুং নুংশিবনা নায়ক নায়িকা অনিগী মতম ওইহন্দুনা ইহান হন্না মোইরাংগী অশেবনা অকোংজাম্বা অমসুং ফৌওইবীগী ৱারি পুথোরকখি।

## (১) অকোংজাম্বা-ফৌওইবী

নোংমা তেংবুং লমলাইদা শিবিসুগী থাশিংদানি। য়াওঙবা মতমদা মোইরাং অকোংজাম্বা তেংবুং শাদাপ্রম্বদগী খঙবা লাংগো হায়দুনা থোরকলদা ওইরংগী মচেনুপী অতোম্বী থউর মচেম তরুংক শাম্লনী ফৌওইবীগা থেংনরকরে। অকোংজাম্বা নিপালগা অথোইবা নিপানি। মথাকতু উরংবদা ওইরংগী মচেনুপী ফৌওইবীগী থৌওয়ায় মুংওনখি। নুংশিখিবনা হাল্লুরে শকখঙলবনা কোল্লুরে হায়বা মমক অমুনি। কাওজরে মদা, লুহোঙ মথোখোই, খরাইথউর লৈহাওপুং লৈরাং লাইথম্ব চংনবাম চংলে নুংশি মচাগী থামা নুপার ওইবী মচুকিন। লৈরাং লৈচোনসিন্নদুনা ইরাং ইথোংসিন্নবা মরী পান্দবান লোমন্দুনা কোরো মমক থান নুমিৎ অমা থক্লরে।

য়েংরে হাননবা নুমিৎ। নুংশি মচাগী মরাক ওন্না ফল্লক্লে খোঙথোই ফৌওইবী অদুদু নুপার ওইবী থৌওয়ায়গী লোমবাতাদি থেংনদরে। খবায়-নুংশি থাদোক্নুনা অমিংদুমমু য়ারেকতরে অদুদু ইনুং ঙাননবদমু অকোংজাম্বাদি কংনদারে। খোঙথাল্লাগো নিংদুনা ফৌওইবী খোঙথোই ফল্লক্লে। অদুদা চেলমদায়মগী মতমদা থামু মথাকতু কুবিরমগে নিংদুনা লৈতাই, নোংদম

তোনেং পাজোয় মাদুনা অকাংবাম্বগী শুম্মাংদা কৌনা লেংদুনখম থম্বীরম্মগা অমসুং নাংনা কৌথৈবী লাক্লে। অকাংবাম্বনা সরানয়াই য়েরিবানদা থোংদোক দুম্মক খংলদুনা কৌথৈবীগী খোমজুল লিরবানদা লম্মুত লৌবোকনা খেংনখি — "শানৌ ইবেম্মা ঙুংশিবী! নুরা ইনেম মচাও লমদম কৈদা থেঙনা চেক্লারংগে খল্লিবা মিনৌ লৈবাক লৈচুম্বী লৈরাং ওইবী ইবেম্মা। হায়বারংগে ফালমদা নুরা নংবু য়ানবা উংখোনবা ঙুংশিবী শানৌ ইনেম মচাও!" নিউরল খুবোং পাই লোয়মাই মানা খামলবাখি। অদুবু কৌথৈবীদি হনজিন হায়বা য়াদ্রে — "থংলেন য়াৎরা ঙুংশিবা ননাওগী থবাই হীমরেন, অমাম নংবু লোইথরোর, ঙুংশি ঐদি চেংলাগে। অমাম নংন অঙৌবক ঙুংশি ঐগী হৈবা য়ৌ নবাক নচু ওল্লবা অন চেক্লা ফুম্মা পাই চোম্বী চীক্লিরিসবোর। অমামবনা খম্মবা পামল ঋম্বা কৌনা চংলবাউ; খোয়মনা য়াংনা লৈপাবী ঙুংশি কৌবেবী ঐখক্লা কোইবী কৌনা ওকচগে।" অমি হায়রম্লগা কৌথৈবী খোউদোই গুনাখ্র থাইনা মিচোক দুদুনা। মিংলু লাইপা ঈবানা ঙুংশি কাখিনরকালে। মশাবী ইবুংঙো ঙুংশিবা লোংয়াই অকাংবাম্বগী মশানৌ কৌথৈবী মড়ুংলাং কাইখোং খেত্তমলাং নুরা মাবু চিংনা য়েং চেক্লা চেক্লা লৈথরে মমাম খোইরাং লমদমদা।

## (২) হেন্জুনহা - লাইহুরেম্বী (লাইরৌলেম্বী)

অনাম-মুংশি নংবুংনদা লম্খাংদা খাংজুবআ মচিন কোর্মাখবা মুবা-মাপাং অনিগী বাবিনি। মখোয়গী কোলোম্ মিংলেন্নবা হেন্জুনহা। নোংমা নুপার শিংদা লোইখোরবী খুবাংন হোংবীগী অহনবা মাংলবা অপারিবনি। মনুংগী মিংনা নোংথম্বা অইম্বা যাংলেম্নবা। নুরাগী কোলোম্ মিংলেন্নবা লাইহুরেম্বী। খোইমুখেংবা অইম্বগী মপুত্তা মাচেম শাংগবী মখায়দা মনাও লোমচবী মায়োমনি। মনেমগী কোলোম্ মিংলেন্নবা খোংনুচোন। যাংলেম্নবনা খিংলিংবু খোইমুখেংবা অহাংবদা চেকুতক অসংবদা চৈসন্না নুমাং-চেন্না তিন্নরম। খোইবাং অইম্বা অনিচৌ চোবোন-শ্রাবোন কান্তবদু মথং মথং থায়নদা মালহৌনবা মন্নুনা চাহৌখোল থইনসি মচৌ মচৌ মিনাসি কাশৃঙ্খলম। অতুব যাংলেম্নবা অইম্বনা মনুং-মতম চেনবা লৌখিদবগা লোয়নবা পুম্নমক মতমগী থবোক্নুংদা নুমাখিদুনা মিংশিংনখিরে।

মাথক বারকালগী পুচিস খোংকামলনি। হেন্জুনহা নুপা থইবী নলেমগী মুংশি-লেমাদা কাপ্রেন্নুনা থম্লা যাংবক্রে। কোইনা চেকুনা থখোমগী চেত্তবাম খিবক্রে। নুরা থইবী লাইহুরেম্বীবু অউবগী মুন্নুং খোয়বাংনা কোন খোইবাং লমদমদা লৈনমনা থাখোয় পুনা শাংলক্লে। থইবাং চেনথবা মুরিকলাইনা মখোমমখক্কী খনবদুনা কোন খোইবাং লৈবাক্কী নিউলন লম্বী নুংচেংবী লৈমবেমন ওম্মা থম্বীরে।

লোইমা থেংনখি নুরব-পাখং অনিমক থোইরাং খাংদিং ঙরাঙবদা। নুরা পাখং শকথংনে, থক্লোম থক্লোম কৌনখি। অদুগু খ্রমহৌ লাইখুরেম্বীনা পাখং মাগী মকাদা — "কোরৌ লোংদা কাখ্রবা য়াংলেইহনবা অঙৌবা কৌবু পোকপা পানুংগী মরুপ লৈদি ওইরবা অপাবি থেংজুনখ্রদা নিঙরল কৌবু নিরক্লে। পানুং মনা ঙামকপা মথোম ঙৈনা কাময়হনবা নুপা ঙৌতিক ওইরদে, পানুং য়াকা ঙৌউনি।" নুরা মাগী অবদা য়াংলেইহনবা অপাবি থেংজুনখ্রা থামবাদা পাখং মানি খংহল্লে। নুরব-পাখং অনিমক ফুরিদ লৈপুন ওইমিন্নরিদ ঙামক পাইরি চেংনখি।

অদুগু ওয়্বা ঙসাদে লোংদম্বগী খুবিনদি কনরম্বু। থোইরাং নিংথৌ ফুরিকলাই মফুন্নর খুয়াখাদা কোজে লাক্লোই-শুনবনা অপাবি থোইরোম্বগীদমক লাইখুরেম্বীবু কিংগাও থানা নিখি। নিংথৌ মন্না ফুন্নিংনদু হরাও হরাও য়াথোকখি। নুরা মাগী ঙাকসদা পাখং কাদা য়েংখিবদা থক্লোম ফুঙসদা ঙাম্পাখি।

লেমচৌগী থাংবগী অহিংনি। অংলৌ লৈনা থেংলক্লে। খুন্দিনবীগী লেমদমদা শিংথেক শিংখাবগী থোইদুম লাইয়াম তিন্নরিঙ নুংশি-চৈশা লাংবদা নিংবা পায়রবা পাখংদো কাংথো কাংদু খুওচ পাই মশানেৌ মবাদা ওসলকখি। থোইদুমশিংনা শাওদুনা য়াঙ্খী লৌগে অল্লকখি। নুরা কোলোই শিংখিদুনা পাখং ওইবনা কৌরকপা নুপাদা লোংদম খিদিদা থোমলেন মিকাপ থোকখিদ্রে। মশানেৌ ঙৌবম্বা নুংশিবী লাইখুরেম্বীগী

য়াঙ্লুবী লৈগে তেঞ্জাশিংনে। অইনিংশুম্বা অওম্বা খুমন মশী মকাদত মাথাম লৈরাং ওইরিবী নুরা য়াইখিং কোন্নুম লৈরাং লাইদা কাংশিন্তুম রাশন্নদি চিন্দুনা অওম্বা মশী য়াইবীডা মাথাম কোন্নুজা শিন্নখি। মরম মোইরাং য়োরিডা মথাম লৈরাং ওইবাদু খুমন কাদা নুরা য়াবা হংদনা অওম্বা য়াম্না থাখরে। মীচেল লৈখাক অমদগী লৈরাং লেংনা খুথিন্তুম মিংলু চিরাং খো খুমন লমদম পাংখরে নুরা য়াইখিং কোন্নুদে। খুদাইরেম্বা মপারি খুচোল হাউবা লাইরবদু পাম্বং থমোয় চাক চিরাংতনা চিংরাইনা রানা রানা লেনখদে।

মমিখংদা, লোংদম্বগী খুথিন্নবা, নুরা-পাম্বং নুংশি-রাইথুংনবা লোম্বীতুম চাল্লোন্নবা চেল্লাতুম চানদিন্নবা অমুক পানমিন্নখি ওইরংদবা।

## (৪) কাদেং থাংজাহনবা- তোরনু লাইখিংলেম্বী

খোকাখিৰাসি দ্রুরিকলাই ওইখোইং লাইখিং দ্রুনশিবা নিংথৌরেম্বা হাক্তাকাতনি। মেএবাক্কী শায়ান ৭-কী মনুংদা দ্রুরিকলাই মশাগী ওইনা কোগে কোন্নুংদা খোকাখিবা হায়বদু তোরনু লাইখিংলেম্বীগী রাজি অসিদনি।

তোরনু লাইখিংলেম্বী কোগে মোইরাং লৈবাক্তা মশক কাখবদা মসিং চেংখি। কাদেং থাংজাহনবা মাদথ-লাম্বা মপা

ভারতংহনবনর মপুগী কান্দা হঞ্জংখি। হৌখিবগী য়াদি-য়াখোং চুপ্পসক মোইরাং নিংথৌ ময়-খুমাথাদা অতম্বনা লোইনর তেংনর তমদবখি। অতম্বগী য়াদিবু অরকনদা নিংথৌ ময় চুক্লিং ওনখি। তৌরবিবা অরানবা থবক অদু থুংলবখি। কাদেং থাংদাহনবগী চুগিসু কল্লগে হায়দুনর, অলোইসিংদা চেক্লবী নুরা তোমু লাইবিংলেম্বীবু মোইরাং সেলুং কপ্পাইবা কাদেং থাংদাহনবর মকাদর অতুং-অডিনডা লোয়নবা থাখি। অদুমক নুরা-পাখং অনিমক নুংশি-রাইথুংনবা লৌমন্নখি।

## (৫) খুবোম্বা-পিদোংনু

পিদোংনু কদাং থারুংহনবা অতম্বগী লাইথোম পোকপী মমাসনি। উরা-নম্মা খুবোম্বা (খোংলোম্বা)নর কাদেং থাংদাহনবা অতম্বা অমাদি লেইনর খুঙ্গাংসিংদর লোইশিনবী নুরা তেনু লাইবিং লেম্বীসী কিদাগী মানি-ওই লৈবাবা মগানি। নোংমা নুরাগী খোমলেন মতুংদা পানুলাইবীনর মতম লৈরিঙ্গী মখোল লৌদুনা নুরাগী মাঙ্গাদু হৌদোকখি— "খোমলেনী হৌজা হৌবম্বা হৌখোয়নৌ নংবু কাউরবা— অন্নবা য়াম্লং পাদা নুংশি মায়োকলে কিবিনববু অন্নবা চিঙ্গুক পোখবনর খোমলেনী নংবু কাউরবা? নুংশি নম্বুংলাংগীদমক লাইরবী পালেম মচাইদা শাদৌ থাইদুনা লৈরকপা লোইদাম থাম্বিং য়ামলংবা লাংচে কুমসু ওল্লবে, নিতৌমল নতৌ চৈরগা থংখোকপি

খনাই ভারুপন হায়দোকপি লোতপন কিশিকি মাখং হানা খাঙলিদে। হয়েং কৌবা লোইংশোই কোনে লৈমরোল কাংলেন্দা অনাম-নুংশি কুমহসামিন্নৌ নুরা মাখং শকখংনবৌ।"

ইনুং শোরা তৈনা ভানবদা, কোনে খোইরাং লৈবাক্কী খুনুবা-খুনথা মুন্না লোইপা নিংথৌ লোকলসী কাংশুবদা কাং খন্নবা নুমিত্তা কদাং ভারুংহনবা হয়াম কোনে লৈমরোলে লুচিংবী নুরা ইবেমা পিদোংনুমা খোইরাং চনু লাইরবক চেউবী নুরা তোনু লাইশিংলেম্বী অমার উবা-নয়া খুবোম্বমা (খোংবোম্বা) চেংলৌ শকখংনখি। মাখং মিত্তা নুংশিবা চেংলৌ হেন্না উখিবা নিংথৌ মুক্নিং অদোবা মাখং মরক অচোনিংবা চেংলৌ শকখউ হায়খউনানিংবদসী মাখং চেরে কিরুমদা কাংলেন লেউত্তা লোনখুপানরুবদি ইবাম শোংংম হায়খুনবা খেপিনবু ৩ই, হায়ঙান নিংথৌ মখংখম্বা নিংথম খুত্তা খোইরাং লৈবাক মকলদা মাখংনা অংগ-কিরুক্লখিবা, নুরা হয়োমনা বাখোখি। কোবী নুমিত্তুদসী মাখংসী চেংলৌ শকুমগু নুরা হয়োম লৈবানুংদা লাইংখি।

মাখু নুংশি চেংলৌনা খোইবা তেনবোল ৩ই নুবার হয়োমমদা মুখিবা, খোমনু লাইরবক চেউবীনা তেনবোল শহজি শহউমদা পন্নৌ হাসী মরাংযাইদা হানা নুরা ইবেমা পিদোংনু নুংশি তৈনা খাউদুনা মাখংবু উমদুনা লৈখি। খুবোম্বমু মৈরোই তৈবী অম্নাসী নুংশি-মৈরোই

মেশতাগী মোলোম্ চিংখাম্ নিনবতুম হৌরী মানবা মপাউখোলে পাখং মুক্লিং চাখিবা, মুরা মিয়াচি তেলনানা নুংশি শরি ওইখিবা, অদোম মরাং খোইনখিবা মুবার মাগী শক্তমসু ঙাউবা ঙমদনা লৌচখি।

নোংমা কোরৌ মুমিং অমদা মুরাগী হিখৌরল চাইথোক্নুংদা উৎলাখি মুরা-পাখং অনিমক। খুবোম্বুনা হায়খি — "পাখং ঐদি কোক লাইর অদোম তাক্লনি, মুরা ওইবী নহাক্কি হাখৌরল নিংথৌ মাতুংলাং শুমাং উরেং খিল পামসল উবায় হক্লুখ্রে, য়াবর তোয়না চিংখৌমনবু কোলায় ফিচৈ শেংবিয়ু।" পাখং মাগী মকাদা নিউরল ফিচৈ শেংদাখি — "পাখংনা চিংনা পাইরনবিরবাদি থাগা-পাইরে চেংনবা চীথু থাংখিং পালপনা শরি পাইহৌরল লোমপাগে কোরৌ মানা মেংসনু মালেম চৈনা খউসনু পাখং মতুংলাংগী নিউরলনা উচি কোবা নোংদগী শুমাং উরেং খিল পামসল উবায় হক্লুবনি, নুংশি উমথোম থৌগ্রউ পাম্মু পান্নুং লোমাগ্রউ চীথু মাগী নোংদম্মা খোঙুম মাগী চেহংনা পাম্মু মুকিম নুংশাংদ মমপোম চৈরা মুগলবদু পাখং চেহনা নতুং-হৈন নিউরল য়াইথবী থবাগে।" খুবোম্বুদু হায়কলে — "পাখং ঐথু শরি পাইহৌরল লোমপাগে, শানৌ নতুং লাংগীদমক পাখং য়াইথবী মাংলবদু, লোংনা মায়াক য়ারমগে, চীথুনা পালম্মসনু।"

মীময়ুংদা, খুবোম্বা হৈসে-ক্সা লমথা লৈমাগে, তেনু লাইথিংলেম্বীগী খোইথিখাদা তোমখিবা নিক্লাই হুনুংথউর

তেন্নু প্রতিসবর্তী অসংবা ম্না-মনি হুংলক্লগা, ম্নৈ লোননুংদা প্রখ্যাতপুনা নিংথৌ খুবম সিন্নখি অদুগা লাদাংন্নবু কোন মেইরাং লৈবাক্কী লৈমা কামন লিখি। অদুম্না নুরা-পাখং নুংশি-বাইথুংনদা মরা-ওন্না পাত্তখি।

## (৬) খাংলৈ দ্রাদিংহৈবা-শাংলচেনু শিইহৈলবী

খাংলৈ দ্রাদিংহৈবা দ্রং তিংবা হৈবদা সাঙ্গং চেংখি।
শাংলচেনু শিইহৈলবী কি শাবা হৈবদা মপা লৈখিদে।

লোংমা উন্নখি লাম্ববা হিদেন অকমদা খাংলৈ দ্রাদিংহৈবা অমসুং শাংলচেনু শিইহৈলবী। কোংরেই নারল চেন্নমদাগী ন্নমিং চীংয়া থাংলকপা ওময়া কোরি চেন্নকপা ন্নামদং বাইডী মতমানি। নুরা চেংলৈ উকংবা দ্রাদিংহৈবা পাখং থমোয় নুংঙনখি। শাংলচেনু শিইহৈলবী নুপার ওইবী মচানুপু পাখং কাদা থবাই মঙদদা বংচখি। চীংজু খোইমুম পান্নুনা নুরা-পাখং অনিদা শরি পাঙ্গাম লোমনখি, বাশক পারে চেংনখি।

লোংদম্বগী খুবানদি ববাদা উমাদে কনয়না। মসা হৈবম্বা অতোনবী ময়ৌশুরাকপী পানসনা শিঙল লোমশাংনরিবী মামাম লৈরাং ওইবিবু নুরা বারা হুংদনা কোন কোন্নিনা উগল্লবা দ্রুরিকলাই মেইরাং নিংথৌগী মপারি মথং খনবাগী ওলোমইসিংদা চেন্নবা লোন্নন বাঙ্গনখি। ঘংদবসু ঘংলক্লে, ওদবসু ওবাল্লে, নুরা নাবোং ময়ৌবল্লে শানস বাগী খুপাক্লে।

পুম্নগা ওন্না চুংনু লৈরম্বে। মাখং তেকনম অঙাংখিদ্রে। মাংলে পাদিংলৈবা থমোয় সিগাইনা খোংলে থুনা নিঙথৌ নাক্তা মৈরিকাংদা মমাংনা সিজিন্নবীদি থাগৎলিবা লোয়দনা চৈর থিরু বাকলম্বা খুত্তা পায়বা বাতিনা নিঙথৌনা য়াইবী মাংলম্মি। নুরা থকাটনু মাখং চেনা কোন্থনা উথাক তুংথরম্মগা নিঙথৌলগী য়াইবী লৌখিবা নুরা খুৎশু পাতিন্নানা থমোয়দা থিন্দুনা মমাংনা লৈনা তুংইনখি।

## (৭) খম্বা-থোইবী (আরাংবা শায়োন)

'খম্বা-থোইবী' হায়বা মোইরাংগী কাব্য ঈখোয়গী হায়রিবা থোইবিকনু ঙিংলম্মবাদি মাংবা নাইদ্রবা প্রেমিক-প্রেমিকা অনিমগী মকমদা লৈনা খুনোক খুনোক লেখরমডাদবনি। পনুন খুদিংমক্তা চৎখবক্লিবা অৱাবা অমসুং নুংশিবনা কুপ্পবা মখোয়নিগী ৱারীসি ঈখোয় বয়বক থন্না পারে, উরে, তারে অদুবু অয়ুক্কী মাল্লিকাংবা থোইবিকনু অত্য অত্য তেক্কুনা ঈখোয়গী থমোয়দা অমসুং চিনবাক্কা লৈরি। মাও কাবা, লমযোন তন্নবা, লৈকা কাবা, শামদাওনবা, উক্কায় বাল্লা, লৈ-লাংবা, মুকন্না অমসুং কাংজেইদা চেংয়েং কয়া থিদুনা লৈম হৈকখ্রবা মখোয় অনিগী নুংশিবাদি লুরবা লোক্তাগী থশিংদা, মোইরাংগী ৱারি মুন্নমক্তা লোয়নদা, মেখোকগী উমদনা উমিখু উরি।

'মন শেনবা' মান্দুগনা লৈংখুবগী শঙ্কায়দা মচোগী

মথান্নুংদগী লান্নুঙ্গুনা শিল্লুংউংগে থমদুনা লাকখিবা চুং-ফিরাল চেরবা, মীওই-মতৌ ফজরবা মাখং অমিদনি থাদোইনা মথুক্সিদগী অরাইবা ওইনা থমোয়দা লেন্না চৎলে থুকাখিবা। চুক্সিদগী ওহৈনবা ওইনা, কনানো মশাক খঙদনা, মথুক্সি দুম্নুমক নংখ্রবা মাখং অমি নুমিৎ অমিদগী খেনা থরুম নমা উখিদ্রে। থরুগী থমোয়নসু থাদোইবু লেন্না কোন্দুনা চৎখি। অদুম্না লাংতক্নবা, উন্নানিংবা, লোইশিনদবা নুংশিবদগী ওহৈনবা খোঙচাস ওইনা অরোইবদা অরাবা লোনলোই ওইখিবা, অশিবনা লাং নমা থাকখ্রবা থম্বাল-খোইগী চারবসি থেরকই।

মতুংদা, কাং শান্নবগী খেদিদগী মতুংদা, লোত্তাক মথাক্তা অনীসি অমুক উন্নাখি। উসিদ লোত্তাক্কী থমোয়সনা অনি অসি অমুক লোন্দুনা থম্বা উমদ্রে। অমুনা নুরবা লোত্তাক্কী মীয়াম্দা মথাক্কী থমোয়সনা চামথারিবা মীশক অদুবু খুৎ থিন্দুনা ওনখি। থাদোইনা চেংশিন্দুনা লোত্তাক্কী মথানুং থাসদোক্নুনা মচুদা চৎরবা মশামক্কী অমিদু হেংলুরে। মথাক অমি অতৈ লমাইদু নংলমদ্রে— মথাক্কী থমোয় অমম্বুং হকচাং দুম্নুমক থীনা চিংথমদা লেপ্লরিবা মাখং অমিসিনি। অদুম্না নুংশিনবগী মশক খঙনবা, পরিচয় লৈবা, চাশাক্লবা দুম্নুমক 'থীন চিংবা' হায়বা মান্দুনা অমিদা খোঙ্বাংগী কাবিনা লোইশিনখি।

'কাংলো'গী মন্দুপ্তা নুংশিবগী খোনা, মথাক্তা নুংশিরিবা মীশক অদুগী মাংদা ফুংলো নমা উংনিংবা, মদু দুম্নুমক্কী হোয়নদা থম্বা অমম্বুং লোংবানগী খিংবা উমজবা লাম্বা— চিংখুবা, খোংলেন, চেউবা, মোইরাং নিংথৌ, থাম্রাকলা, থাংবকলা—

মথৌ অসুম্না লাইরিক অসিদা য়াওরিবা চরিত্র খুদিংমক চিংথুবগী মতম্বুগী অসিগী অকোয়বদা হৌবা থোরকই। “লৈ-হেকলা” ওকপগা অমুক্তমু থাকলিবা চিংমায় থামদা, লোংথবা উমংদা, মখল মখলগী লৈ থায় খোঙ্গবাংগী থাবিনা ঙীখোয়বু শেংখল্লকই। মসি থিক্লবা চিংমায় অসিদা ঋতুনা খোংখীবু থাদুনা থৌশি থায় মকলকই। নুংশিরিবা মীশক অদুতমু লাইনিং ওইবা, মহাক্কী মরমদা হুংবারকপা নুংউয়মবা, মহাক্না খোকপা লোয় খুদিংমকপু লুনা-চেন্না লিংবা অসিত্মুদা নুংশিবগী শক্তম ওসি মখুল অসিদা মমেক লানা উবা ফংই।

কৌ য়ায়বা, লৈ-লংবা, লৈ-হোন, লৈ মেনবা, এগোই, অসুম্না মখং মখং থারিং থাম্দনা চেরক্লিবা থাবিগী মরক্তা, খম্বা অমখুং খোংখীগী লুরবা নুংশিবগী থৌলে ওসি চেন্নরকই। অদুমু মতাং অসিদগী হৌখং খওহৌদনা খোংনরমদবা মতুংদা থায় খোঙ্গবাংগী থাবিনা অনি অসিগী নুংশিবগী খোংচমদা চুম্মরকই। “লমযোল” হায়বা মতুংদা অসিদগী লিরক্লিবা থোইদোকাশিং অমখুং থাবিগী থারিং ওসি মায়না ফুংশিল্লকই; লোংবানগী লেমথাদ্রবা লৌ থায়গী মরক্তা খম্বা অমখুং খোঙ্গবীগী অশেংবা নুংশিবগী মশক অদু উবকই। “অশেংবা নুংশিবগী খোংচেত কৌদাইথেদবু লৌ থাংদনা তোঙ্কো” হায়বদু ঙীখোয়গী প্রেমিক-প্রেমিকাগী অনীমসিগী মকমদগী চেংচেনা থম্মিনবা য়াই। লাইরবগী লোক্নুংদগী থাক্নোরক্লুনা হন্না য়েংবিনবা থনা হৌরবা খোঙ্গবাংগী মথং অদুগী মরক্তা খম্বুনা অমোম্বা-য়াইথিবা

মনিপুরী প্রেম-কাব্যগী খংজতে অচৌবা শক্তম অমা লৌরিবা শায়রন ৭ কী বর্নশিং অসি নওবা কাঙবা থমদনা থসি খাঙবদা মনিপুরী প্রেম-কাব্যগী শকঙ অমা ওইনা লৈরিবা বর্নি কয়াদু মনিপুরী সাহিত্যগী লেমায়দা খেৎনিক খাঙবদা ততায় অমা তেক্তুনা লৈরি। মখোয়সগী খরদি মখাগীশিং অসিনি —(১) হাওরং লৈশং শায়কবী- লোয়া নহা শায়কবা, (২) নুরা শান্নুলেম্বী- লৈমোদি গৌলে খোঙউ নাওউম্বা, (৩) নুরা থম্বালনু-সোম্বনাসিং অসিনাচিংবা কাঙবা উমদ্রবা বর্নিশিংনি। খেটিবক মখোয়সিং অসিগী শমলপ্ত বর্নি মখায় তিপাগনি।

## (১) হাওরং লৈশং শায়কবী (হাওনু লিশিং শায়কবী)- লোয়া নহা শায়কবা

খোংনাং নিংথৌগী মচানুরা লোকচবা মপাবিনি— লোয়া নহা শায়কবা। হাওরং লৈশং শায়কবীনা তনুউ নিংথৌগী মচোমসনি। নুরা চেম্প দাকম্বী লিচেঙলে লিশিং শকচৌবী তংনা ফাংবী মচোমসনি। খোংনাং নিংথৌ অমখুং তনুউ নিংথৌ অনিমক চিশক পিল্লিংউদগী লুনা-চেন্না তিন্নরকলা মরুপনি।

লোংমা লাম্বানিংথৌ থাংবিং হরাঙবদা খোংনাং নিংথৌনা তনুউ নিংথৌ মরুপ ওইবা মকমদা চেন্না বাৎহ কয়াপনা মাসাম শক্না নাউকোনাজ নুরা হাওরং লৈশং শায়কবীবু মপারি লোয়া নহা শায়কবগী খুদোল লৈরাং ওইবিবু লৈফুন খোয়োম লোমথাজে হায়নয় কিডাঙ শায়নয়

িংবাখি। মরক্তা চৌদ ওইবনা মালেম শোন্দ ওইনজে, মানুং ভাইদি শাক্লগে মাইমা নুংদা খন্দুনা তরুঙ মাদু যাখি। নিঙথৌ-লিবা ঙানবু নুমিৎতুদগী হেনা শকথোংনখি। মানুং যাশক বায়মক্লোই মালেম নিংবা থুংহনজে হাঙামনুংদা খন্দুনা নুরা-মাখং যাশক্লখি।

লোয়া নহা শাফাবা লেংমা কোরৌ অমা খুৎশু-তিক্মেন মায়দুনা শান্নং নিংথৌ মখাইগোন লাইকোন নুংদা চংদুনা লায়শাং শুভাই থাৎলুবা খোইরুম ওইবা শাউখ্রবোই মাখং মানু য়েংদুনা লেংদোল কোরৌখজাগী লাউনা খাক্লা হৈরকখি— "অবা-নুংশি ইরিনুং মুচিম খাঙুখজুদা মামু-মেয়না হৈমচেক্লা মাখং যাইবী মাংউকা!" লেংদম থিবা মাখংদো হাঙাম বায়নাং যানা যানা মরাননাইদা হল্লকখি।

লেংমা নুমিৎ অমদা হাঞ্জুরং লৈশাং শাংফাবী নুরা মানা শজাখ্র মাবল খজুদা মানুংগী লৌবু ভাইক্লুইউ লোয়া নহা শাফাবা খোইরুম ওইবা মাখংদো মাইরক্লো। নুংশি মাউমেন্নদুনা নুরা-মাখং লৈরিইউ নিঙথৌ মোকাগী মালেমনা থৌদোক অদু উখিদুনা তরুঙ নিংথৌ বাদা তমখি।

তরুঙ নিংথৌদো যাশক বামানি খনবদা অশাগুবনা হেনাখিদুনা শরাখংজিবা মাখংদো থাৎকে হয়নাা অচেংবা ওনফাম উায়দুনা লৈখি। নুমিদাং বাইরমানি, কোরৌ নারল ওল্লেমদাই, হাঞ্জুরং লৈশাং শাংফাবীবু মরাননাইদা খনম্লজা খুত্তা খুৎশু থাংলেন মায়দুনা থাদি লৌবুজাং লাজুনা শজাখ্র মাবল খজুদা মাঙাম শাদুনা তরুঙ নিংথৌনা মাখং মানু ভায়াখি। লোয়া নহা শাফাবা নিতি নুমিৎ খুদিংগী মাতিঙম

লৈরেংবু লাইদর কংলক্তম নুরর ময়ূরল মানবীবু
উকটৈক্লাকপগী মপাদি পামপাদবা শঙ্কুলেম্বা খুত্তর
পিখি। নুরাগী নাকোংনা বাকস অচা ওরকপদর
মুকাচেল কনবা পান্থৈবু নুরর খঙ্গায়নর বারেলাখি।
ওইষ্টবও মতোক অচিমর নিংথৌবসি খুংগনর শংখং-
তেলৈপ্পই-নচুনর থিংথেবগী মরংতার বাংলেন চকৌবর
অমতং মেঙ্গুইং ইনিং খুংলচার মুসিস লোলোইনপালে
লেপচাখি।

নোংমা, কোরৌ নুমিৎ অমদা, কোরৌ নাতল চেপমদাই
শনথারকপা মতমদা হাওরৌ ওমম খাদি লৌকমদা
উন্নখি ঠৈদিংচোম খোইরাক্তামখা অমত্তুং নুরা শঙ্কুলেম্বী।
পাখংগী বাদা নুরা শঙ্কুলেম্বীনা খঙ্গায় চিংবক
হৌরাখি — " হৌরকনা পামক্কবোম, মাংচেনা পল্লোইকোম,
ছাক্কুখসনা ঠৈবাইবুং, কৌচা পিদেনা নুবীনি। নুরাই
কোপোয় থিংলেন্নর মরক্তলেম্বী কৌথোকদা। নুরা মাইথী
লৈবাংদে পাখং ওইবাদা কাংচেরে। " খোইরাক্তামখর
পাখংবু খঙ্গায় য়াবর ওবাখি — " পাখংগী কোপোয়
ইকিংথি ঠৈদিংচোম খোইরাক্ত কৌথোকদা। কোচা
য়াক্কনুবীনি, মোইবাং লমাইদা মচৌন। মাদি ওইবী
নুরা! মাবি য়াক্কবি খোক্কুনা মাদি লৈবাং লৈকাদা
মুসিস-বাইদা ওবাদে।" নুরা-পাখং অনিমক

পাওনামিন্নাসিকোর অঙ্গৈবংদর, মখোং মিন্নাসিকের মলেংদর, থোইওইবিনর অইডানু, কোরেংইনবনর উডানু. শারি-পরেং হাপক পাংকাস লোমলাখি।

লেংদমগী খুবাক্লাদি ওক্তা উমাদ কনান্নু। ভুবেংদগী কোমিলংডুম, পাল্লকপাম ঙৈও, চেল্লারবা মীওইবগী থুকিমানি। লেংমা পামমা লিংখোল খাবা খোউবোম্বা নুরা পোকপা পান্নুবিসা মৈদুঙোল খোইনাওইম্বগা নিডাম-শাংদরনর খেনাখি। কোনুবী লুমিসংঙ্গুদগী খুদোং কাওবা মতমদা হাঙুল শঙাং পামজুনর কোমুরেল মাগী মমানর পাখংগী ল্লুরেল বক্নানি হায়না খোউবোম্বনর থাংবাং পকুনর হানকাখি। নুরা সাল্লেমীবু কোংবা মরান য়াম্নদগী খোউইদ খুদর অমবাও ওখোকপা য়াদ হায়নর খিংদুনা হমাখি।

নুরা মাবু উদনা কোরেংগী শীংবুম য়ামলাক্লে। পাখং ওইবা মৈদুঙোল খোউনাওইম্বা, মমা খারে লৌবুগা শডাম্বু পাবল মথক্তা খুনিং ঙাইদুনা কাউদুনর খুবাক্কী লাম্বুখল ওদুনা কোরেংগী শিংবুম বয়াদ নীডাম্বু থকলী। চেল্লানর বাক্তা মৈরাবক্তা ঙোং চেকপা মমা হা-হর-হর-বা তিডক তিডক য়েংদুনর নেংখোল লাম্বা উম্বলগুম লুপি-ভেলে উম্বাদি পামবা-মাওম উখিজে।

লোৎসা পান্থাক্লুনা লেল্লাই নুরা ইবেম্মা সনাতোম্বী মরক লেপ্তনা তান্নুবা লোন্নুংদবা। তান্নুবা হাত্তুরবী ওইনা থারে লৈবুক্তা শেংনখি তামথং ওইবা খোঙনাঙ উম্মা নুংশিবদা। অনিসুক চীল্লাকনি খুৎক-খুৎক তানেম্নি। খোঙনাঙউম্মনা হায়রে — "নিংথৌরেল ওইবী ইবেম্মা, মৈরোন্নুংবা লৈস্লবদি ঙীনা ঙীনা মসোং লৈ। নিংথৌরেল ওইবী নহাক্না নাসাউ লৈবা খোল্লুবদি তামথং হাসনি নবাল্লা নুরা তানেম্ লোনবনি।" সনাতোম্বী লোকায় লৈরে — "ঐনক্তা নিংথৌরেল মদোক্তা তায়ুবা নুংবা খুমদা নাগুবা মাইবী কাহেম্না। তামথংবা লোইরিবা ঙুংইল্লা নুরাগী লোমান্না ওল্লানি।"

লৈবুক্তা মাউবীশিংগী শাখিবা মশাক্না তাবল মক্তা নুরা-তামথং নুংশিনা লেংলো শাকোন্দুনা হৈরাং হৈতারনখিবা লৈরাং লৈল্লোখিবা সম্মানম্মা ঙীখোল্লই নিংথৌরেল লোকোদা তান্নুদবা লেম্লনা নিংনা ওল্লুরে। হাম্মাম থাবা খোঙতোম্মা অনখংনা লৈবা উমাখিদে। হয়েংগী কোরো নুমিত্তা অনবা নিমাদুনা ওসয়া থারে লৈবুক্তা খোঙদারবাদা খোল্লুবদি খোঙতোম্বগী কোল্লৈরেন্না মাগী লেমায় পক্লুনা মত্তুংবা কোয়রো নুমিত্তা শমু মরাননাইদুদা মখোসমু থিনবনি ঙাল্লাখি।

অনুং তেনর উম্পলতাদা, লৈউরক মচাক্কী মখতা খোউবোম্বনা সান্নুলেম্বীসী চেরে অহুনর মসা দুম্মসক কুমুনা বোংসান ওবক্তুম ত্রিস্নুনা খোউনাউ উম্বু উঙ্মুনর লৈখি। বোরেইম্মবনা লোংমুন চিংঘাউ ওসলগা মঙসদা লৈই-দাম্বা খোঙ্গুমুনর সাখল খুমাং ৈইমুনর লৈরাং সাংদা মচাসদা দাম্বরগলক্তুম বইউহুনা লৈবুক লৈরি সাংমীমকা লৈউরক মচাক্কু দাবলমকা খোউনাউ উম্বা দাখংদা নুবা নেরা ইবেম্মা সান্নুলেম্বী মবা অম্মা দাম্বতরবগ্রো। মচাক্কী মখতার ইঙ্গিবন্ধু মসানে সান্নু উম্বরবাক্সি নিং-লুমুনর উৈসিল্পুগলদা খোউবোম্বনর মম্মুং উঙ্গনর খোউনাউসী সম্বাং দাহমুনর মেং-হংবা মম্মুংনর বোম্ইরেল চেংনর দাহরসার লৈরিনা সাংলবু উঙ্গ দাখংসী লুমরল বাক্সে।

ইনুং মীম বাম্বরগলদার, নুবা ইবেম্মা সান্নুলেম্বী লাম্বলাথিবী মুবানর হঙ্গরেী ওঙ্গয় খরি লুমুতায় মীউরক দাউম্মু মীমু দানাবল্লা মসাতীসী ইকাহেনর অহুনর লৈবক্ডু উরগলদার, লোয়র লোংনর খোংতাম হাখ্যাম্বুকুর ভেংখরমুসার মসাসিকী লুরেনবু মঙ্গাদা মম্মুং উঙ্গনর চেংনর বোরন মম্মুং মেংনর দাসারিবর ইম্প্রাংবর খনুংসী লোংদম চীরক খাহুনর লৈসাহ্বতার হায়খ্রে।

## (৩) নুরা থম্বালনু-মোহনসিং

মনি-পুরী প্রেম-কাব্যগী অমসুং ওইরবা হায়রিশিংগী মরক্তা য়াইরিবোক থম্বালনুগী হায়রি অসি হেক মাংলবদা ঐখোয়গী থাজাবদা মুতি অমাদি শোয়দনা লাকই — নোং-নুংশিংনর থমলকলবদা থাশিংদা নিংথায়রবনা কেল্লবা থংমাইথক্তা থম্বাল নত্রগা থরের। নোংদম খিরবী নুপীমচা অসিগী মুখিগী হায়রিদি মসিনি। মুখিমদা উবাদিবা চেল্লুরোইদবা মরমনা অমা নুপীমচা অসিনা লৈংবাখি। অদুদি ইমে-ইপা, লৈখুম-লৈরোই য়াওদনা, মখোয়গী কল্লক-য়েংথিবা নুংমমক্তা লৈশিং অমা থাওবা য়াওদনা নুংশিবগা ওইবগু মালবাদা খোউপারংই। মরম অসিনা মচমথংদা অমোংবা মুখিগী মমাক অদুগা মথাক্তা শাথোরংবা ইমে-ইপা মচু অদুগা উন্নবা কাংদনা লাপ্পরক্লবা। মিক্তন অদুদা থমিন্না নুংথিরক্লনা চৈনো নুংমমক থকোক্লগা চমতানা থাকাদা কোইহোই অদুগী মনুংদা মশামকপু ফাওনখিবদু য়াখি। মসি নুপীমচা অসিগী অতোবা ওংমেং অমনি — নুংশিবা অমসুং লৈবাক্তী য়াইথবা অনিমিগী মরক্তা অমথক্তী মাইঁরাদা লোপ্পা ওইখি। অদুবু মচমথংদা নুংশিবদু হকোক্লনা চেলে অমসুং কোমজবা থংগী মচু অমা থংবকনুংদা শাংদুনা থমনমলে। মহাক্কী অমিতুম্বা 'মত্ত' অমিমদা মহাক্কী থাজমনা খ্যাইদগী লেনা নুংশিবা মীশক অমসুং মখু শুক্তুনা তিমহনখি। মসিনা য়াইরিবোক থম্বালনুগী হায়রিনি।

খোকাঙ্গবাদি মহারাজা গম্ভীরসিংহ নিংথৌগী স্নর-
হাঞ্জকতনি। লাইরবী লুখ্রা মচৌন নুরা অম্বালনু। মুনিসগী
মচাক কারকপা খোঙ্গকমদা উন্নখি মোহনসিংগা। ইরাও-
কুম্মা কয়াদা অনিমক খুংশম্নরু চেমিন্নে — বারুণী খুরুম্বা,
শাবাবু থৈরোঙবা, হাবল চেংবা, লিকুম্ভল শান্নবা। লৈনাখদে
মুনিসবু হকলদা। চংনি-হকুনি বাও অনাপিন্নখি নুংশি-
দঙ্গোন্নুংদা চেকথবা থিজনা। অদুবু লাকখি মখোয়
অনিগী নুংশি-লম্বীদা অঁথংবা অমা। তৌবা উম্বা দূর্ণামসিং
চেলুংবনা নুরা অম্বালনুবু মখুং চোঙজা খোঙনরকখি। মী
থাদুনা কয়া, হাঙামদী মপাউ তম্বদুনা কয়া, অকিবা উত্তুনা
কয়া কায়থোরকখি। অদুবু খুবৈ অমা কাওবা খেংহনবা
ডমখদে অম্বালনুবু। মোহনসিংগীসতো লেলখি।

অদুবু মেখুনা অম্বীরমে অরোইবা লোনলোইদি
তয়োন্নমা। খিজেল খিংবা উমদনা কায়রে, থৈবাক্তা
দুসুমক তৰাবদা তারে। খোইমুম লাইবাও মঙ্খুংইন্নবা
নুরা অমা খিরকলদা অম্বালনুবু লাইখা-ঙরন্নুংদা
কাউনা খিজেল খিংবদা তাখ্রে। লুখ্রা ওইবী চালেমনা
থায়ীবা কয়া, লাউবা কয়া মমাংবু কনবিনবা।
অদুবু তৌবা উম্বা দূর্ণামসিংগী খুবামনুংদগী নাম্বাক্লকপী
উদায় থৌখদে। মতমখংদা নুরা অম্বালনু খেনা কনা

মরিগুবা পান্দুপ

মমাংগী পান্দুপ্তা মনি-পুরী প্রেম-কাব্যগী চেরিকলা মশক অমা নিননবা হায়নখ্রে। মাথং অসিগী মশাগী ওইবা মশেংবা লৈন কাংলগী মরক্তা অমথক্তং ইচে-খৈনা ননবা ওরবাদি, ঐখোয়গী অশেবাশিংনা য়েকলসালিবা মাংবা নাইরবা অমর ওইরবা প্রেম-কাব্যশিং অসিনি। পৃথিবীগী কয়ম্বা সাহিত্যগী ইতিহাসতা লিশাংশিংনা খেরক্লিবা শায়ন্তনশিংগী মথক অমাযুং মসিগী মনুংদা থুপ্তুনা লৈরিবা অমর ওইরবা প্রেমিক-প্রেমিকাশিং অসিগী লুংগী মথাংডা মাপুবা কয়ম্বা মথক কংলদগে? মসিমক্তা মাথং অসিগী মাগুম্বা যুক্তম হেনবা সাহিত্যগী মশক অদু ইতিং-তিংনা প্রমাণ-তৌদুনা পুখোক্তুনা উত্রি। ঐখোয়গী অশেবাশিংনা উরাম্লিবা পুথিসতা মশক্তী মণানুংগী কুয়োম অসিগী মনুংদা লোক্তুনা লৈরিবা লোয়শকাশিংগী অশেংবা মচু অদুনি। মখোয় খোল্লকবা নায়ক-নায়িকাশিংগী হিল্লকবা লুংগী মথাং কয়া লিদুনা পুথিসতা তোন-তোম্পা মশক অমা য়েক্লনবা হায়নবা অমদুং মতাম্তু অমা লিবা অসিনা মণি-পুরী প্রেম-কাব্যশিংদা অশেবাশিংগী মরক্তওইবা ফান্দম অমা ওইরম্বা য়াম্মি। অসিগুম্বা অমর ওইরবা মনি-পুরী প্রেম-কাব্যগী মথাকশিং অসিদা অতোবা শক্তক মথক্তদ মপুংওইনা নায়িকাশিং অসিনি। মখোয়গী তোন-তোম্পা তৌবা অমা কুপ্পা লিনবা দরকার লৈ।

খ্বাইদগী হেন্না নুংশিবা থুরু থোকলকই। খ্বাইদগী হেন্না নুংশিবা মচৌ, খ্বাইদগী হেন্না তম্বা শোরুং, খ্বাইদগী হেন্না অচোয়বা মনবা চিত্র, খ্বাইদগী হেন্না নুংশিবা দুখ দুম্মক অসি লায়নিরিংইগী মতমদুবু ইথোক্লম্ন উবা ফংই। নুমিৎনা চিংয়া থংবা মতম, অমমবনা কোমি চেনবা মতমদা অশাংবা কোমী তোরবাংনা লায়নবগী চৈথা লাংশিনবা খোরিফাম, অতুদগী লায়নবা কক্তুংদা ময়োংতুংদা নুংশি-নুংশিবকনা খুমিন্না থাগন তেৎনা চৈপিকপা লায়নদা দায়কুং ঙমবা মতৌনেব? অতী লায়নবগী মরাইগুনা সীরিকো-সীরামুখোল অদুবু মতমদা খোংজেলদা বাবাগী মথোয় লোজরবদে? লোইথোকপী কোমী হেন্না পাবুংনা মাসি অমলকলয় লান্দা বাংনা চৈকবা অতুং লৈচিলনা ঙুনা ঙুনা লোইথোকহৌরবা খোংজেলবা বাংদা নুংশিখবা মতৌনেব? থোইবীলেংনমক লায়নবগী চৈথেং ফংলবা মতম অদুদগী অশেংবা নুংশী প্রাপ্তি ওবা ফংলকই। অসিগুম্বা নুংশিবগী খ্বাইদগী হেন্না তম্বরবা শতম অদুনা খেংলদা অশোবাশিংনা ঙমি কান্তবদা লেমহৌরবা চৈরকপি।

মহাকবি অসিনা কালিদাসকী 'মেঘ-দূত' অসি

কারিগুম্বা মতমদা যথানা মশানৈ লৈরবীগী শাহুত্তুন মতৌবা উবদা থৌওয়াইগী ঐহাক খবাওসং নেমসগুম্বা থাম্‌দুনা তনিক তনিকলা অশংবা উরীদা মশানৈগী শাতমং, অথুক্পী লবী অসোমসগী মরা লৈবা মিওইর লৈরবীগী মিংশেং, মথাদা মাঙ্খেং, মাঙোংগী নিংথিবা মীমগী মতুদা মুরবা সামুং, খোঙ্‌-খোঙ্‌বা লেইরাংদা লিরুম অতিসনচিংবা মতৌবা খি। লৈইগুম্বসু মথাম অতিং মখুল্লী লৈরবীগা কারিগুম্বা খিরমদা মতুংদা থাংবতিং মল্লুবদা থুমিল্লা, বৌ ছাংদনা, নিংবা কায়না য়েংদুনা লৈ। কারিগুম্বা মতমদা যথানা লৈং নাকোমদা কুংলাক মখঙার মাগী লৈরবীগী মুতুম য়েকই। লৈইগুম্বসুং য়েকলা লোম্নীদ্রিউদা থৌওয়াইগী মচাক মথৈরিকুনা মীহিংনবা কাপলকই, অদুগা মখুং থংহৌদনা মিওইগী মরা মিন্নরকুনা মনিং থুংনা য়েংদ্রিংবগী মখাংদা অয়েকপা লাম্ন অদু লৈখোকখি।

অমুক্তা যথা থংউমদুবা অরাগ ঐমক্তন কাংলে, ঐমক অতিমদগী মিন্নরকপা মিংলৈ লিনা বাসিগীরিক কুং কাওবা লাওখোল্লে। মতম অতিদা কাপ্নামসনা

ঐগসু অসিদা নুংঙাইবা পাম্মবা মী অমত্তা লৈতে। লেংবদা, ঋম্বা নাইবদা নুংঙাইবা অমা ফিরকপদা মীওইবনা ইন্দ্রনা ওকপা লোয়শঙ্গা চংবারুই। বরাসু থজম্বানি। মরম অসিদগী মহাকপু চৈথি অমা খাঙ্গন-ইশাসগী ইশাসদা ইন্দ্রনা লৈশ্না চিংলুরবা এবাক্লুম্বু লাং-থোকললি। মহাক্না নুংশিবদু ঙ্গেন্না হায়েক লায়নবা থেংনবনি। তাসিত্তম্বা নুংশিবগী ওলংবা মচা অসিনা কালিদাসকী প্রেম-তত্ত্বগী মহুংগৈরবা হারুকনি। অসি মহাক্না অইতে অতৈ কাব্যশিংদু লিংথিন্না প্রমাণ- তৌদুনা নি। মতং অসিদা মহাকবি কালিদাসকী 'অভিজ্ঞান শকুন্তলম'গী শারুক ধরদঙ নৈনবারি।

নুংশিবা-প্রকৃতি, অপাম্বনা-বিকৃতি; প্রকৃতিনা স্বর্গগী, বিকৃতিনা মর্ত্যগী ওইবা পোইশাক্লি। নায়ক ওইরিবা দুষ্মন্ত অসি অপাম্বগী মশাক্লি, অদুগা নায়িকা ওইরিবী শকুন্তলানা নুংশিবগী মশাক্লি। দুর্বাসা অমত্তা তেরবন অনি লৈবতুম; নায়ক অমখুং নায়িকানা তেরবন লাম নম্মানি, মধ্যামগী নুংশিবগী থোংঙাম অদুনা দুর্বাসগী শিরেলেনি। তেরবন অনিগী থোং

মান্নরবতদা থংলে অদু চংথোং লানগী মান্নবা লৈবা ঙমই। চংথোং নাম নৈপুন্নবাদি থংলে মদুং কাননগী থাবা য়াদে। নুংশিবগী মশক লৌরিবা শকুন্তলাগী থওয়াইদি মচু লোল্লুবা স্লাগুম্নি — অশেংবা নুংশিবগী শক্তমনি। অদুবু অনাম্বগী মশক লৌরিবা দুষ্মন্তগী থওয়াইদি চংথোং থোং, মান্নবগীদমক্তা অমুক শেংদোকখিবা অরি। অদুনা দুষ্মন্ত ওনথুবা তৌবা ঙরে। বাহনবগী ঐদা ঐক, মচু লোতলা ঙরে। মরুদি অসিনি ঐখোয়না 'অভিজ্ঞান শকুন্তলম' দা থেংনরিবাসি। অমানুবগী অমাংমুনা ওগোবনদা খুংনা-চেপ্ত লৈপারিবা শকুন্তলাবু দুষ্মন্তনা পায়থোকপিরে; লৈরাং লৈলৈলিয়া থেবাং থেঙামমুমানা মকসিংগী শরী নানাক লোক্রকরে। অদুবু দুষ্মন্তগী রাজসভাদা লাকলগা কণ্বদাগী অকাইড-শারেংবিবুনা শকুন্তলাবু মমাক অর্পণ ইগে ; অমাসুনা নুংশিবু কাউখ্রে। কাইথেং ডিরঙক থুসুং, থওয়াই বামংনুনা দুষ্মন্তগী রাজসভাদগী নুংশিবগী শক্তম লৌরিবী শকুন্তলা হনখ্রে। মতুং অসিদা দুষ্মন্ত পায়ন-ঐমম লাংলে। মখাগী অমানুনা মাংখইনাখিবা থওয়াইদু ঐসাদা ঐরে, ম্না মচু লেংলে। অমাম ওল্লে নুংশিবা। মতম অসিদমবক দুষ্মন্তনা

মণিপুরী প্রেম-কাব্যগী ওলা-ওল্লা মশক অমনা অশেংবা, লৈথুম-লৈকোই য়াওদবা খোয়ামগী চংবা অমসুং মশাগীনি খামবা পরিমাণ য়াওদনা থবাক-হকচাং খ্বাদিংমক পক্লোকপা উদবগী স্মৃতি ওইরিনি। মসি নায়ক-নায়িকার অনিমক্তার চেচেনা উবা ঙংই। নুংশিবগী খ্বাইদগী হেন্না চংশোনবা স্মৃতি অমাদি ওইরুব্রা নায়ক-নায়িকার অনিনা মশা মশাগী অমবাদা অমসুং অথুবা রাজনাগী থোইরেলী-খোইরেলীদগী নাল্লোক্লনা অদুম্নবা মিংলেং অমসুং মিদম অমগী মখাদা লেমান্নবা মঙাম অমা শোম্বা উমলবাদা ওইরিনি। মাথে অমত্রামদা খাংবগী, নুংশিবা খাংবদি মথোন অনিখক্তা পীতিনবাম অমা লেপ্লুবগনি। নুংশিনরিবা খোজাম অনি অদুনা অথুন্না অমতা ওইনা দুনবা উমলবগী মথম অদুগীদা নুংশিবগী মঙাম অসি মমেক লাবা হেল্লকই। মরম অসিনা প্রেমিক-প্রেমিকা অনিগী মরমবা খোজামগী অশেংবা মশাক অসি উত্তরকালমক্তার চেংলেং বাম অমসুং চৈফু বাম খাংদুনা থিংলেং তারবা ফাওবদু থোইদাম অমা ফাওবা হোংদনা লেপ্লা ওই। উম্মাগী খেন্নবা, হেনবিদগী চেকলন, পাতি খেন্নবগী থাল, মশা-মশাগী চৈফু, অপাম্বা অমসুং মিথোইবগী লাং, অসিনাচিংবা থোয়্রেলী-খোইরেলী দুম্নমকপু থাদুনা প্রেমিক-প্রেমিকা অনিনা খুমশাম্নবা

চেমিন্নরবা অমসুং মতিমহৎদা উন্নাখিবা অসি, প্রেম-কাব্যগী খ্যাতিদগী শেন্নর নিংথিরবা মুদ্রি অমনি। মরম অসিনা অমর বাবি সেক্সপিয়রনা অসংবা নুংশিবগী মমাঙ্গু অঙ্কুনা সনেত অমদা অঙ্কুর হীখি —

Let me not to the marriage of true minds
Admit impediments. Love is not love,
Which alters when it alteration finds,
Or bends with the remover to remove:
Oh, no! it is an ever-fixed mark,
That looks on tempests and is never shaken.

রোবর্ট ব্রাউনিংনসু অসংঙুবা হায়রমসা হায়রবসা তিন্নবা নুংশিবগী মমাঙ অসংঙু অঙ্কুনা সংঙাইদা নুংশিবগী মরমদা হীখি —

I would I could adopt your will,
See with your eyes, and set my heart
Beating by yours, and drink my fill
At your soul's springs — your part my part
In life, for good and ill.

অসিতকুমার মকঙবা থাথোক্নগী মপু ওইরিবী চিত্রাঙ্গদাগী মফমদা অর্জুননা মথাক্কী অশেংবা থাথোক অসু লাক্লক্তুনা চংলি—

লৈরোক নিংথিরবী,
হায়রিবা অর্জুন, পাণ্ডব, সাণ্ডব পায়বা, লাইবক
ফারবদো, চংলেরক্লো নংগী খুমাং মায়দা।
মাসী মসিং, মচৈ, মপাঙলে আংথীনাপ্নথুম;
মীনমথুং ওইরবসু অনুমথুং ওইরবসু,
চাউথোকপা মকাসকুদা চৈখাম নিনারিবদো
খুঙ্গাকানসনু মাসু অসুক, খুদন্য চেক্রবা
থুর্ন ঙৌদ্রবা লাইবক থীবত্রম।

(অসি-চুরী অনুবাদ — শ্যামসুন্দর সিংহ)

মতাং অসিদদা পাল্লবা মাল্লবা শকতক অমনা মেয়ক্লাসিমরনা ঘেকশেমালিবা প্রেম-কাব্যগী মশাক অসিনি। 'The Tempest'-তা মিরান্দানা মতাং অমদা ফার্দিনান্দগী মফমদা মথাক্কী নুংশিবা অসু ফোংদোকখি—

The jewel in my dower, I would not wish
Any Companion in The world but you.

পুন্নমক লাক্নুমক্তুনা চংলবা থাথোক্নাসিনি। মসিদগী চে মাল্লবা

খুৎ অসিদা ফৰদিনান্দনা মিরান্দাগী অচৌবা থম্মোয় অদু
হংদোক্লুনা মিরান্দাগী মফমদা হায়খি—

Hear my soul speak:
The very instant that I saw you, did
My heart fly to your service; there resides
To make me slave to it.

অসিগুম্বা থম্মোয় অমখুং থম্মোয় অদু উৎনবগী মতম অসি
শেক্সপিয়রগী লিখাসিংদা অনৌবা নত্তে। 'Romeo And Juliet'
দা জুলিয়েতনা রোমিওগী মফমদা মিরান্দাগী খুংগংবু অমুম্বা
ওকাখি—

My bounty is as boundless as the sea,
My love as deep: the more I give to thee,
The more I have, for both are infinite.

মিরান্দাগী থম্মোয়সিগী নিংথৌবসিগী মূর্তি ওইরিবা রোমিওগী কাদা
লৈথোকপা থম্মোয়সিগী লান খুদিংমক থিন্নদুনা জুলিয়েতনা মতুং
ইন্নবানি হায়রকখি—

And all my fortunes at thy foot I'll lay,
And follow thee, my lord, throughout the world.

সিংথামনবু থাক্রবা ডিৎসেত্তুন্নর লংখোত্তুনর এন্টোনিনর ক্লিওপেত্রাগী খোমজাত্তুনবা মিৎনর অনিদুগী 'থুংলমনর' মপাঙ্গ পুন্নমক লোন্থুনর অঙাওবদুম থমখি—

Let Rome in Tiber melt, and the wide arch
Of the rang'd empire fall! Here is my space.
Kingdoms are clay.

'নাট্টল ফুরেলগী অত্তুপ্পুরবী লিলে' অমসুং এন্টোনিগী থেংনমনবু কিরাক্ত হায়নর য়াখি। মুখিগী চৈনখাত্তাগী, অনিত্তুর্মর পুংবা অনিনর অনুং-মতম লেনা কোনখিবদা, মথোমগী নুংশিবদি অনিবনা কুপ্পর উমখিদে; চৈ থুবোক থুবোকক অনিবগী থুইনর লেমখি। মাংবা নাইত্রবা অমরগী লুগুন ডিন্নুনা থুংলমদুনা লেকানি হায়নর এন্টোনিনর হায়খি—

Where souls do couch on flowers, we'll hand in hand.

ঙোইথুনা- লোইবগী চৈত্রবী, মমাগী নুংশি-তোন্নুংদগী লেংলবু লাত্তুত্তুনর লেখিদ্রবী ডিক্সদেয়ানানর মতং অমদর মমম্ভ থেংনমগী মপু ওইরিবর ওথেল্লোগী মকমদা চৈরিবা- মমম্ভ নুংশিবা অদু ডিত্তুনর মমাগী মকমদা হায়খি—

But here's my husband,
And so much duty as my mother show'd
To you, preferring you before her father,
So much I challenge that I may profess
Due to the Moor, my lord.

অদুম্মক অথিংবা কয়া, লল কয়া, অমসুং হেকলল কয়া লান্নুরক্তুনা নুংশিবগী থুডনা কৌরিবা লমদক্তা অদুদা থখোয়গী লৈবা চুম্নমক থুডনা চেংথিবা হায়বাসি শেক্সপিয়রগী নায়ক অমসুং নায়িকাশিংগী মপুংফাবা চৎসিনগী শকতমনি। করিগুম্বা অশানবা অমসুং হৈথায়বা অমগুনা মখোয়মু কিরন্নুনা মখোয়গী থখোয়মনা লিংখাৎপা মীশক অদুদগী হন্নোকপা থিংবা উমদে। নুংশিবগী মাংতে অদুগুম মখোয়মনা মতমসুক্লগদা নিংশিংদুনা মদুনা লমাংলিবা লনুং অদুদা অশিবা অমসুং লোংদকুম্বগী অমিরবা চৈরাক অদুমু শিংনদুনা থেননা কনা থুডুং হৈদুনা চেংথি। অমিগুম্বা মিংশেং অমসুং কিদমসগী মচু অমগুদা শংথিবনি — কৌওইবী, লাইফুরেম্বী, মাঙ্গুলিংঙোবু, তোম্বু-লাম্বিসাংলেম্বী, লিংদোংবু, শিংতেলবী, থোইবী, শান্তুলেম্বী, হাওরবং লৈশাং শাকদী, নুরা অম্মালনু, অমিনাচিংবা। মখোয়গী পুখিসগী রাজকুঁ কোন্নরিবা কিখোয়গী অশেবাশিংনা হেকলেম্বা নায়কাশিং অমসু করিগুম্বা মতুং অমগুদা মিংশেং অমসুং কিদম অমসুদগী থোকাখিবা লৈতে। অমর ওইরবা মাল-সুরনী প্রেম-কাব্যশিং অমসুদা য়াঙরিবা নায়ক-নায়িকাশিং অমিগী।

পুন্সিনা ঈখোয়দা লেচেনা থৌগল্লি অদুদি নুংশিবা হায়বসি করিগুম্বা ঙিতম অমত্তগী মখা চাদে; মথক্কী ক্রুচ্চনিংঙাই ওইরবা খুত অদুনা কৌরকপা মতমদা লোয়শিং মতম ঈখং থংহৈদনা মপান্নুংগী অথিংবা অমখুং অদানবা লেকল পুম্নমক নমাখত্তুনা নুংশিপারিবা মীশক অদুগা লেংঙাম্নদুনা চৎমিন্নখি। মখুং অদু অশিবগী অপ্পাক মপুগী লুরবা মৈগী কোম ওইরম্লবখু অদুগী নাকমতা নাচুংবা চোকখ্রদে। অসিমন্না সাহিত্যগী লমায়দা কোক্ত্রবা থৌনা অমুক শংলম্লবা প্রেমিক-প্রেমিকাশিং অসিগী বার্তাদি নুমিৎ-থানা লৈরিবমথৌ পৃথিবীসিদা ঙম্লদুনা লৈখিরগনি। মরম অসিনা, নাহক-নাইবাসিগী থাজগী সেরেং অসিদি স্বর্গগী সনাথংদা অমাদা থৈশানি (Sings hymns at heavens gate) হায়না সেক্সপিয়র নাইনা হায়রম্লিবনি।